মণিপুর গোভঃ শিক্ষা বিভাগকী মতেং ফংদুনবা

# আধ্যাত্মিক্কী বাখী খর

খোমজিনব অমস্থুং হন্দোকচব :—

আর. কে, এস সিংহ



Price Rs. 3·00

# কন্টব

অনৌব যুগকী অনৌব ঋষি
সর্ব্বশ্রী
স্বামী শিবানন্দ সরস্বতী মহারাজগী
অমম্ব স্মৃত্তিদ লাইরিক
মচা'সি কচ্চরি।

আর. কে. এস. সিংহ

# ৱাহৈ অমত্তং

ৱারী মচাশিং অসি সর্ব্বশ্রী স্বামী শিবানন্দ স্বরসতী মহারাজগী "স্পিরিচুয়েল ষ্টোরিজ" "নেসেসিটি ফোর সন্যাস" অমস্তুং "জপ যোগ" হায়ব লাইরিকশিংদগী লৌথোকপনি। তোপ-তোপ্প ৱারী মখলনি হায়দুন মীতৈলোন্দ-পুথোকচবনি। মসিগীদমক "ডিভাইন লাইফ সোসাইটি, হৃশিকেশ, শিবানন্দাশ্রমদগী অকক্নব সত্ত্ব খরগী মখাদ রোয়েলটি পীদুন অনুমতি লৌজবনি। মসিগীদমক আশ্রমগী কর্তৃপক্ষশিংবু থাগৎচরি।

লাইরিক অসি ফোঙনবগীদমক মণিপুর সরকারগী শিক্ষা বিভাগন শেনগী মতেং খর পীবিবগীদমকস্তু থাগৎচরি। লাইরিক অসি নম্বদ বানানগী মরমদ থোইদোকপদি মৈতৈলোনগী চাবা, থকপা, চৎপানচিংব ৱাহৈশিংদ য়াওরিব '।' অসি লৌথোকচরে। অদুবু, লৌথোক্লে হায়রিব অসিমকস্তু লৌথোক্তব মতাং কয়াস্তু য়াওখ্রে। অদুন লাইরিক অসিদ বানানগী নিয়ম লৈতবগুম ব্যবহার কায়ব কয়া য়াওখ্রিব অসিগীদমক ঙাকপিগনি। পাঠক-শিংন চুমথোক্তুনা খঙবিব য়াব অরুম-অয়াং, না-পুগী অরানবশিং অদুদি চুমথোকচদ্রে, অদুবু ৱাহৈ ওইন লানব খরদি "অরানব চুমথোকপ" হায়ব লামায়দ হাপচরি। অদুগীস্তু মথক্ত মৈতৈ-লোনগী লাইরিক্লি হায়ব অসিদ ইংলিস, হিন্দি. সংস্কৃত অমস্তুং বাঙ্গলানচিংবগী ৱাহৈ খর য়াওখিবগীদমকস্তু ঙাকপিগনি।

মণিপুর গীতা প্রেস, শিংজমৈ বাজারগী মেনেজর তাদ শ্রীওইনাম মঙ্গী সিংহ, অমদি ওঝা শ্রীওইনাম ভোগেশ্বর সিংহ অনিন প্রুফ লৌবিব, শেন-থুমগী থোইদোকপ কনসেসন পীবিব অমস্তুং মতম চান লোইবিব অসিগীদমক উক্ত ভদ্রলোক অনিগী মফমদ থৌবমল উচ্চরি।

অশোয়ব অরানব পুম্নমক পাঠকশিংন ঙাকপিগনি।

আর, কে, এস, সিংহ।

# হীরম-লামাই

| মীরম | | | লামাই |
|---|---|---|---|
| ২০। ওক অমগী রারী | — | — | ৩৮ |
| ২১। পেনব তম্মু | — | — | ৩৯ |
| ২২। নংগী মুপীচু লুখ্রা ওইরে | — | — | ৪০ |
| ২৩। লম্বোইব অমগী রারী | — | — | ৪১ |
| ২৪। নিংথৌ লম্বোইব অম | — | — | ৪১ |
| ২৫। মীওইবগী মুংশিবদি অহোংবনি | | — | ৪২ |
| ২৬। মচু হৌজিক পীয়ু | — | — | ৪৩ |
| ২৭। রামদাসকী রারী | — | — | ৪৪ |
| ২৮। শিবাজীগী রারী | — | — | ৪৫ |
| ২৯। সদাশিব ব্রহ্মেন্দ্রগী রারী | — | — | ৪৬ |
| ৩০। রাজা গোপিচান্দগী রারী | — | — | ৪৮ |
| ৩১। রাজা ভার্তিহারিগী রারী | — | — | ৫৩ |
| ৩২। পাটিনাটু পিল্যারগী রারী | — | — | ৫৫ |
| ৩৩। মহাত্মা কবির অমসুং মচানুপা কমল | — | — | ৫৯ |
| ৩৪। ধ্রুব | — | — | ৬০ |
| ৩৫। শিষ্য অমগী রারী | — | — | ৬৩ |
| ৩৬। শঙ্গোম য়োনবী অমসুং পণ্ডিত | | — | ৬৫ |
| ৩৭। রামায়নগী রারী অম | — | — | ৬৬ |

# আধ্যাত্মিকী বারী খরা

## ১। সাধুগী লম্বী

সুবোধ অমসুং বিবেক কৌব পাখং অনি অসি মখোয়গী সন্ন্যাস ওইরবা গুরুগী আশ্রমদা লৈদুনা বেদ শাস্ত্র তমই। মখোয়গী মহৈ তম্বসি মপূং ফারকদৌরে। মখোয়না গুরুগী আশ্রমদা তৌবা সাধনা, মহাত্মাশিং, গুরুশিংগী সৎসঙ্গ অমসুং শাস্ত্র জ্ঞানগী মরম ওইদুনা মখোয়না নিভৃত্তি মার্গ চঙনীংলে। মতম পুম্নমক্ত আত্মজ্ঞান ফংনবা সাধনা তৌনীংলে।

নোংমা গুরু পূর্ণিমা নুমিৎ অমদা মখোয়না গুরু অদুদা মখোয়বু দিক্ষা পীবিরো হায়জরমই। শিষ্যশিং অদুগী পুক্নিং চঙবা উবদা গুরু অদু য়াম্না নুঙাইজরমই অমসুং মখোয়বু থাগৎপগা লোয়ননা খরদং খন্নখো, য়াম্না থুনা অরুবা থবক্ত নপুক্নিং লেপকনু হায়রমই। "সন্ন্যাসি ওইবসিদি মৈ ঈকপ অমনি। নখোয়না মসিবু পায়থ্রিবগদা হান্নদা মতুংগীদমক নীংথিনা শেম শাখিগবদনি। অদুগা নখোয়দি সংসারিক জ্ঞান নত্রগা অভি-জ্ঞান অমত্তসু লৈত্রি। নখোয়না আশ্রম অসিদা লৈদুনা ফংলিবা বৈরাগ্য অমসুং লাইরিক্কী ফংলিবা জ্ঞান অসিদি অচুম্বা ওইবা য়াই; চুমদবসু ওইবা য়াই। অদুগা জ্ঞান অসিদা পুন্সিচুপ্না লৈবসু য়াই, লৈতবসু য়াই। পুন্সিগী মতাং অমদা নংবু অপাম্বনা পুথিবসু য়াই। অদুনা ঐনা খনবদি সংসারগী হাক-থেংনবা জ্ঞান খরনা চাং য়েংদুনা বৈরাগ্য সাধনা তৌবনা ফগত্র খল্লি। ঙসি অসি লেংলবা গুরু পুর্নিমা নুমিৎ অদুনি। অদুনা চৎলো পাক্রম

সংসারদ খোঙদারুরো, চহি অম চুপ্ন লৈবাক কোয়রু। নখোয়ন জাৎ জাৎ য়াম্ন খঙ-উরকনি। সংসার অসিমক নখোয়গী খ্‌ৱায়দগী ফব ওঝানি। নখোয়গী নমিৎ. ননা পূম্নমক লাওন হাংদোকউ অদুগ খঙজিল্লু, ভমশিল্লু। তৌইগুম্বস্তুং নখোয়গী মচিন অদুদি খুমজিল্লু। সংসারিক অম ওইনদি খোঙদারুগনু অদুবু য়েংব অমদি তম্বদি লেপ্ন য়াদে। হেক য়ারিবমখৈ জ্ঞানীশিংগ লৈমিন্নব হোৎনৌ, মসিগী খুদোং চাদ্রগ নখোয়দ তোঙাম লৈয়ু। অদুগী মতুংদ চহি অমসি লৈরুরগ অমুক হল্লকউ। অদু ওইরবদি নখোয়স্তু সংসারিক জ্ঞান লৈরগনি অদুগ নখোয়ন অমুক চেল্লরোই হায়বদুদস্তু ঐগী খর থাজনীংঙাই ওইরনি। ঐগী গুরুদেবগী কৃপান নখোয়দ থোৌনা অমস্তুং জ্ঞান পীবিসনু"।

নহা অনিদুন গুরু খুরুম্নগ আশ্রম থাদোক্ত্ৰন চৎখ্রে।

# ২। 'দুর্লাদগী দরবার'

থংনব লৈবাকী রাজ দরবারদ অহে-অশিং পণ্ডিত য়াম্ন লৈ হায়ব তারদুন নাহা অনি অদু মফম অদুদ চৎখ্রে। মিংথৌ অমস্তুং দরবারগী পণ্ডিতশিংন দরবার মীয়ামগী মমাঙদ শাস্ত্রগী বিধিগা লোয়নন, য়াম্না হরাওন মখোয়বু ওকপিখ্রে। অদুগ নিংথৌ মশামক অদুদি ফাগী-ফরাং পাম্ব মীতা অম ওইরম্মী, অদুন মাদি তম্ব খোৎপগী অয়াবসি থোইন থেংনখ্রি।

কনাগুম্বা য়াম্ন হৈ-শিংলব বারেমগী পণ্ডিত অম নিংথৌগী অপণ্ডব মতৌ অসিগ চানরুরে। অদুন মান নিংথৌ দরবার চণ্ডদুন মাগী হৈশিংব উত্তুন মরাইবক চাং য়েংগে খনখে।

নিংথৌন মাগী হৈশিংব অদু প্রমাণ তৌদুন উৎলু হায়রক্লবদ পণ্ডিত অদুনা হায়—

মহারাজন শ্লোক অসি তাবিরম্নগনি নীংই।

"শুক্লাম্বরধরং বিষ্ণুং শশিবর্ণং চতুর্ভুজং।

প্রসন্নবদনং ধ্যায়েৎ সর্ববিঘ্নোপশান্তয়ে ॥"

শ্লোক অসিন হায়রিবসি করিনো? দরবারগী রাজ পণ্ডিতনা প্রভূ মহাবিষ্ণুবু ওইরমগনি হায়না খুমলে।

নত্তে, নত্তে মসিদি অরংব লুপাগী চান্দিবুনি, লুপা চৎপী চান্দি অসিদি সংসারগী মফম পুম্নমক্ত শীন-থুংন লৈবনি। মসিদি মফম অমত্তুদ লেণ্ডদন লৈব নত্তে। মসিদি পূর্নিমা থাগুম্বনি। মসিগী আনা মরি মরি লৈ। মসিন মীওইবগী অরা অনা পুম্নমক কোকপিব ওমই হায়না বারেমগী পণ্ডিত অদুনা খুমলে।

নং অসি ঐখোয়গী রাজ পণ্ডিতশিংদগী হেন্ন হৈরে। মসিদ চিংননীংঙাই লৈতে হায়দুনা নিংথৌন হান্নগী রাজ পণ্ডিত অদুবু তাম্থোক্লগ বারেমগী পণ্ডিত অসিবু মাগী মহুত্তা রাজ পণ্ডিত হাপ্লে। মতৌ অম্নুন্ন লৌনম চাউরব সুপা অসিন লুপা য়াম্ন তানশিল্লে। মতাং অসিদ হান্নগী রাজ পণ্ডিত অদুন মশান পণ্ডিত ময়াম কোরগ মাপী দশা অদুগী মরমদ রারী তৌনরে। অহন ওইরব পণ্ডিত অমন লৌনম তৌব পণ্ডিত অদুবু মায়থীব পীদুন নিংথৌ অদুবু পারা

অম তম্বীনীংলমই। অহন অদুন মশক লোত্তুন চৎখ্রগ নিংথৌদ মঙোন্দগী হেন্ন হৈব পণ্ডিত অমত্ত পৃথিবী অসিদ লৈতে হায়রুরে।

নিংথৌ :— অদুদি নংগী নহে অদু খুদম পীদুন তাকউ।

পণ্ডিত :— মহারাজন শ্লোক অসি তাবিরম্লগনি। "শুক্লাম্বরধরং ... .... .... শান্তয়ে?" মসিগী অর্থ খঙবিরব্রা?

হোয়, হোয়, ঐগী অহাৎব রাজ পণ্ডিত অদুন হায়, "মসিদি বিষ্ণু ভগবানবুনি।" অতোপ্প পণ্ডিত্তুন হায়, মসিদি "নুপা চৎপীবুনি।"

মখোয় অনিমক লাল্লে। মসিদি দহি-বাদাবু হায়বনি। শঙ্গোম মপানগী বাদ খঙবিরেদনা! হায়না পণ্ডিত অহল অদুনা হায়।

"অদুদি য়ায়বু মুংঙাইরিনে। কমদোদন ওইরিব অদুদি ব্যাখ্যা তৌদন পণ্ডিতজী।" হায়দুনা নিংথৌন হায়।

পণ্ডিত অহল অদুনা হায়— "নুপা চৎপী অসিদি অঙৌব ফি নত্তে, তৌইগুম্বনুং দহি-বাদাদি অশেংবনি। মসিদি থাঙ্গেশেংব শঙ্গোম মপানগী ফিনি। মসিদি কনবিব মপুনি। মসিদি পূর্ণিমা থানি। মসিদি বর্ণ মরিগী মীন চানব চিঙ্গাক্রি। মসিগী রাখলতন মী অমবু মুঙাইহল্লি। অদুন কনাগুম্বন দহি-বাদাবু থ্যান তৌগদবনি অমম্নুং চাং নাইন চাগদবনি।"

অঙকপনি, পণ্ডিতজী। শোয়দ্রে মুপা অনি অদু তশেংন লাল্লে। লাইবক কবদগী ঐগী অনিশুব পণ্ডিতন ছুটি চৎখিদ্রৈ অসিদ ঐনা নংবু রাজ পণ্ডিত হাপ্লে।

"হান্নগী পণ্ডিত শাব মুপা অদুন নিংথৌবু লৌনম তৌরমলে" হায়রব মতুংদ মশক গোৎপা অংন ওইরবা পণ্ডিত অদুনা

মাগী মশক লোৎপদু শক খণ্ডহল্লে অদুগা হায় "ঐবু শক খণ্ডবিরা? ঐদি হায়গী পণ্ডিত অতুগী মরূপনি। মহাক্তি অশিংব মী অমনি। মহাক্কী শ্লোক অর্থ অদুভন অদুম্বনি, মসিদি মহাবিষ্ণুগী শ্লোকনি। ঐদি চুমগী মহারাজগী মুণ্ডাইনবগীদমক লাকচবনি। অদুবু মহারাজ! অদোম্ন পণ্ডুন শুম লৈবিয়বদি লোনম তৌব ফত্তব মীশিংন লায় লমজিংব তারে। অদুন অশিংব ওইবিয়ু। হায়গী পণ্ডিত অদু কৌশিনবিয়ু। অদুগ মহারাজন্ম শাস্ত্র তম্বীয়ু। অদু ওইরবদি অদোম্ন অদুম অচুম অরান লেপ্প তমগনি। কনাগুম্ব অমত্তন লায় লমজিংব তম্লোই।

নিংথৌ অদু ভাব তারক্লে। সুবোধ অমসুং বিবেক অনি অদু অহানব পারা অসি তম্লে, অদুগ মথা অমুক চৎথখরে।

## ৩। 'ডাকু মরি'

সুবোধ ১মসুং বিবেকন অয়ুক অণ্ডনবদ অঙ্গলগী লম্বী অদুদ মুম লাকপদ সাধু অম লম্বীদুদ চেল্লকপ থেংনরমই। "শিরে, শিবদগী হেম্ন ফত্রে। ঐদি নোংশা নক্রগ কৈদি কিজদে; অদুবু মসিগী পৈশাসে, ইশ। সংসারগী খরাইদগী মাঙনব মচাকসে।" হায়ন সাধু অদুন লাউ-লাউদুন চেম্বদু মখোয় অনিদি জ্ঞান তাদম মাঙদ অদুম চণ্ডশিন্নমই। অচগ ডাকু মরিখক্ত শেন ময়োম অনিখক পায়রদুন, নোক্তুন, কাগী তৌনবদু উরমই। মখোয়গী মকোক ওইবদু মপুক লামলম্মী। মান মাগী মরূপ অনিখক চিঙ্গাক থম থিরুনব থাখে। অনি অদুন

চৎথ্রবদ মকোক ওইব অদুনে মথং অদুনে, লুটকী পোৎ অদু শরুক য়াম্ম থংবা পাম্নবদগী খৎন্নরম্মী। মখোয়গী মপুক অদুদ লাই-ফংজবা চত্থ্রমাল্লে। মখোয়না চৎথি্রবা অনিদুগী শরুকস্তু য়াওনা কৌশিল্লবদি পৈশা য়াম্লগনি হায়না খল্লি।

মতম অদুমক্তদ কৈথেল্দ চিঙ্খাক থিবা চৎথি্রবা অনি অদুনস্তু রাখল অদুম্ম খল্লি। লুচিংবা অদুনে, মথং অদুনে হাত্তোক্লবদি মখোয়না পৈশা পুম্নমক ফংলগনি অমস্তুং শরুক য়াম্ম য়েন্নগনি। অদুন মখোয়না কৈথেলদগী লৈরকপা চিঙ্খাক অদুদ হুনাপচিল্লে।

মখোয়না হায়গী লোৎকম অদু য়ৌরদুনা চানবা পোৎ অদু হেক থম্বদ লুচিংবা অমস্তুং মথং অদুনা চোশিল্লজ্জুনা ডাকু অনি অদুবু হাত্তোক্লে। অদুদগী মখোয়না শেলগী শরুক হেন্ন ফংলগনি হায়বা থুগাইজবা রাখলগা লোয়নম হু হাপ্পবা চিঙ্খাক অদু চারুবদগী শিরে।

সুবোধ অমস্তুং বিবেক অনিনা থোকখিবা পুম্নমক অসি য়েংলগা রা অসি হায়রদুনা মখোয়গী লম্বী মথা চৎথি "মীওইবগী থরাওমক অসিবু হাৎপ পৈশা হায়বসিদ ইবুঙো যমরাজমক্ক করিস্তু তৌনীংঙাই লৈতে।"

————

## ৪। 'শাস্ত্রী অমসুং ভদ্রলোক'

নোংমদি মখোয়না ধর্ম্মশালা অমদ চঙলুনা পোখারম্মি। ধর্ম্মশালাদুগী কেক মমাঙমক্তুদ লৈরিব লম্বী অচৌদ মরুপ অনিথক য়ারী শানরি। মখোয় অদু মতম অমদ লাইরিক ভস্মিন্নরম্ব মরুপশিংনি। অমন শাস্ত্রীনি অদুগ অমন ইয়াং ভৌজব ভদ্রলোক অমনি।

"ও শাস্ত্রীজী! কদাইদ লেঙবিগদৌরিবনো?"

"কলিকতাদ ধর্ম্ম সম্মেলন অম য়াওব চৎচগে ভৌবনি।" অদোমদি কদাইদনিনা? "ঐন্ত কলিকতাদ চৎচরিবনি" সম্মেলন অদুগী ওইরব্রা?"

ওঃ অদোমগী ধর্ম্ম সম্মেলন হায়ব! ঐবু অদোমদৌন নাইত্তে চাদব মী অম ওইরবোই নীংব্র? নত্তে, ঐদি ইণ্টর নেসনেল ফিলসফেষ্টিবেল য়াওব চৎপনি। করিগীনো, অদোমগী খুন্নুংগী চৎনবী ময়াম অসি থ'দোক্লুনা পুন্সি অসি মুঙাইখোক্লিব্র করিগীনো? ভারতবর্ষনা চাওখৎলিবসি নখোয়গুম্বসি লৈবদগীনি। আমেরিকা অমসুং নোংচুপকী জাতিশিংদ য়েংউ। মখোয়না কয়া চাওখৎলিব! অদুবু অদোমদি চৎনব্রব চৎনবীশিং অদুদ শিথাং খাঙদ্রুনা লৈরে। মতম অসি হোংলবনি, অদুনা নংগী মিৎয়েংসু হোংব তাই। নংগী ধর্ম্ম, দর্শন অমদি পুন্সিগী মিৎয়েং অদুনা মাঙলক্লবদ থাপ্না হন্দোকখিগদবনি।"

ও, নখোয়গী পাজিদি করদৌরি? মাদি কয়াম অহল ওইরে?"

“মা হৌজিক মশাদি থায় করি। চহি দি মরিফুমগা সুরে।”
ঐন নীংবদি, অদুদি হন্দোকখিব য়ান অহল ওইরেনা”।
“করিনো, মচোংপাক মাইদন থাগলিবদি, শাস্ত্রীজী?”
ভদ্রলোক অদুন শাস্ত্রীজীবু খুপাক্ল থাগে হৌবদা চেপ্লোকখে।
সাধক অনি অদুন মসিবু গুরু য়েংই অদুগ যথ চৎথখে।

## ৫। ‘ভৌদোংগন মিংতাঙব : মিহৌবন মিংতাঙবা’

সুবোধগী মমিত্ত কয়লা মকুপ চঙত্রদুনা সাধক অনি অদুন মনাক্ত লৈব মিংকী লাগয়েংশঙ অমদ চৎখ্রে। ডাক্তর অদ, চৎথোকখিরম্মী। মথোয়না অতোপ্প মিংকী অনাব মগী অমম্ম থেংনরমই। মথোয় অসি ভৌদোংগী ওপরেসন ভৌরবশিংনি। মথোয়বু মকোক লেঙদন লৈনব হায়রম্মী। মথোয়গী মমিৎশিং অদু মায় চেৎব পুনশিল্লমই।

করিগুম্ব অমন অহানব অনাব অদুদ চোংলকই। অদুন অনাব অদু চোংথৎলি। অদুদগী মান খল্লি; “হে ঈশ্বর, ঐগী কোক অসি হেক লেঙবদ মিং অসি স্নপউ উরমোই থায়গুন ডাক্তরন হায়সে। ঐদি কম্লুরে। শোয়দ্রে ঐ মিং উরমোই। অদুগ ঐগী নাকল্ল লৈরিব নুপাসিদি করিগী কগদোরিব। ঐন মিং তাঙলবদি মাম্ম মিং তাঙবন চুমই।” মহাক্ক থংনব নুপা অদুব তিংথত্তুনা নীক্ল্রে। মহাক অহুম্ম কম্লে। মতৌ অসিদ অনাব পূম্নমক কম্লে অমম্নং থৎনরক্লে।

ডাক্তর অদু লাক্লে অদুবু তৌরম্লিব অহদ য়াম্ন সুংঙাইত্রে। "নংন নংগী নমিৎ মাঙহনবদ নত্তন অতোপ্পগী মমিৎস্থ মাঙহল্লে। নংন কয়াদ ফৎখ্রিত্রব থবক তৌরবনো?"

# ৬। "গাধাগীদমক লৈবাক পুম্বন অবাব কোণ্ডদোকপ"

সুবোধ অমস্থং বিবেক অনিসিন মখোয়গী লম্বী অস্থম চৎথখিবন মখোয়ন হজ্ৰামগী ডুকান অমদ থুংলয়ে। মফম অদুদ মী ময়াম্ন মকোই কোক্কদবগী ঙাইড্রন লৈরম্বদু থেংনরুরে। লম অদুগী ইনাকখুনব সমাজ সেবক অমস্থ লাক্লমই। মহাক্ল মকোই কোকলিবৈদ ধোবী অমন লম্বীদ কপ্ল-কপ্লড্রন চৎলমই। "করি তৌরে? করিগী কপ্লিবনো?" হায়দুন ইনাকখুনব অদুন হংলমই। "শেঠজী ঐন করিবু হায়সিগে? গন্ধর্ব্বসেন অদু শিরে।" "গন্ধর্ব্বসেন হায়বদি কনানো?"

ধোবী অদুন নীংখিন জ্ঞান তান পাউথুম পীরমদে। "ও। গন্ধর্ব্বসেন হায়রি'সিদি অচৌব পরোপকারি অমনি। গন্ধর্ব্বসেন লৈত্রবদ ঐন করম্ন লৈরুরগনি।" মসি হায়ন-হায়ন মহাক (ধোবী) অহুম চৎখ্রে।

সমাজ সেবারি অদুন খল্লি গন্ধর্ব্বসেন হায়ব পরোপকারি

অসি অচৌব মহাত্মা অম ওইরম্ব তারে। “ঐস্থ মহাত্মা অসিগী-দমক অরাব ফোঙদোকপ তারে।” হায়রমই অমস্থং মরু কোক-থোক্লমই।

মহাক্ন ময়ুমদ হল্লকপদ লম্বীদ পুলিস ইন্সপেক্টর অমগ থেংনরমই। লুচিংব অদুগী অরাবম থল্লব শকশম অদু' উবদ ইন্সপেক্টর অদু ঙক্লমই অমস্থং হংলমই। ইনাকখুনব লুচিংবদুন থুম্লকই “অচৌব অরাব অম ওইরে ইন্সপেক্টর সাহেব,! গন্ধর্ব্বসেন কৌব মহাত্মা অদু শিরে।” ইন্সপেক্টর অদুস্থ সেঠ অদুগী মতৌ ভমনিংলদ্দুন মহাকস্থ মরু কোকথোকল্লুরে।

মথংগী মুমিত্ত ইন্সপেক্টর অদুন নিংথৌ উনবদ মঙোন্দ মরম হংলমই অমস্থং হায়রমই। “গন্ধর্ব্বসেন অদুদি য়াম্ন চাউব মহাত্মা অমনিনা” নিংথৌন, লৈবাক পুম্নমক! অরাব শরুক য়াগদবনি লাউথোক্লে অদুগ মশামকস্থ অরাবগী ফিজেৎ শেৎলে।

মসি পুম্নমক অসিন মহারানি অদু চমমনরে অমস্থং মহারাজদ হংগৎচরমই— “গন্ধর্ব্বসেন হায়বসিবু কনানো? মহাক অসিবু লৈবাক পুম্নমক্ন অরাব ফোংদোকপ য়াব মহাত্মা অমরা?”

নিংথৌন অকৃপ্প মরোলগীদমক ইন্সপেক্টরবু কৌদল্লুই: ইন্সপেক্টরন মরম খঙম্রদুন সেঠজী অদুবু কৌরুরে; সেঠজী অদুনস্থ মরম খঙদ্রদুন ধোবী অদুবু কৌরুরে। ধোবী অদুন আফিস অদুদ কপ্নদুন হায়রকই। “গন্ধর্ব্বসেন হায়বসি থাজৈ-শেংনমক অচৌব জীব অমনি।” নিংথৌন মহাত্মা অদু কদাইদ লৈরম্বগে হংবদ ধোবী অদুন হায়রকই। “মাবু মহাত্মা অমনি

হায়দুনা কনান হায়বগে? গন্ধর্ব্বসেনদি ঐগী গাধানি। ঐগী গাধাদু লৈত্রবদ ঐন করম্ম লৈগনি”। অসি হায়দুনা অমুক ভেংথারকই। নিংথৌ অদু শাউরে। সেঠজী অমস্তুং ইন্সপেক্টর অদুবু যাম্ম ঙৈরে।

সুবোধ অমস্তুং বিবেক অনিন অপঙবা কুম্মৈ অদু তুম্মিন য়েংদুনা লৈহোই অমস্তুং অপঙববু অপঙবন তুংইনবা অদুদ নোক্লমই। অদুগ মখোয়গী লম্বী মথা চৎথরিরমই।

# ৭। মহাত্মাগী বারী অহুম্

ঋষিকেশদ সৎ-সঙ্গ অম তৌরম্মী। সুবোধ অমস্তুং বিবেকস্তু তিম্মব অদু য়াওরমই। গুরু অদুন সাধনা অমস্তুং জ্ঞানগী মরমদ হায়রমই।

“সুংশিরব ভক্তশা। সংসার অসিদ ভক্ত হায়বসিদি য়াম্ম চাউথ্রব অমনি। ভক্ত অম হায়বসিদি ইবুঙো মঙোন্দগী চাউব হেন্দ্রবস্তু মাম্মব অমদি ওইরবনি। ভক্তগী মগুণ সংসারদ কনান থ্বাইদগী হেম্ম চাউবগে হায়বসি মতম অমদা হংনব রাহং অম ওইরম্মী। অহানবদ পৃথিবী অসিন হায়রকই —“মদুদি ঐনি, মরমদি :— শা-ঙা নাপিশিংবীশিং, অশেংব ভীর্থশিং অমদি তুরেলশিং অসিদস্তু নত্তন মীওইব জাতি পুম্মক অসিবু পুরিবদি

ঐনি " মসিদ অচৌব লিনগী মওং ওইরব আমন্তন তুমিন্ন লৈব ওন্নমদে হায়রকই "ঐন পৃথিবীদগী হেন্ন চাউই মরমদি পৃথিবী অসিমকপু এদি ঐগী ইকোক্ত পুই। প্রভু শিবন সংসার পুম্ব থক-থক নীকপ মীনোক অম থরায় তান নোক্ল- ডুন হায়রকই। "অদুগ লিন হায়ব অসিদি ঐন, ওক্তডুম যেৎনরি, অদুন ঐন আদি শেষদগী হেন্ন চাউকম থোকই।" কৈলাস পর্ব্বতন মসিদ মাগী মতাং থোক্লডুন হায়রকই। "ঐদি কোক্ত ভগবান সিব অমসুং মাগী ইমুং মমুং পুম্নমক পুরি। অদুন ঐন প্রভু শিবদগী চাউব হেল্লি।" মসিদ লঙ্কাগী রাবন মকোক তরাম ওংলডুন হায়রকই—"ঐদি ঐগী খোইদোকপ পাঙ্গলন কৈলাস পর্ব্বত অসি মরু ফুকথ্রবনি। অদুন ঐন কৈলাসদগী হেন্ন কল্লি।" মসিদ বালি হায়ব চাউখ্রব য়োং অদুন চওশিল্লক্তুন হায়রকই। "মসিগী মকোক তরা পানব অপীকপ শা অসিদি ঐন শেগ্রাক্ত চপ্তুন ইচা শান্নব ফাথ্রবনি। তশেংবমক ঐন রাবনদগী চাউব হেল্লি।" হৌজিক, শ্রীরামগী দাই তারডুন হায়রকই "ঐনি তেন অমতংন বালিবু হাৎখিব নত্রা? অদুন ঐন পুম্নমক্তগী হেন্ন চাউই।" শ্রীরাম- চন্দ্রগী ওাওলকপ মতম অসিদ য়াম্ন নোম্ল্রকচব, রামগী ভক্ত অম রামগী ধ্যান্দ ভাব সমাধি ওইরুবদগী হৌগৎলক্তুন হায়রকই। "অদুগ হায়রিব রামচন্দ্র অসিদি অমুক ঐন ফারবনি। মাদি ঐগী অশেংব ভক্তিগী প্রেম দোরীন পুন্দুনা ঐগী থম্মোয় মনুংদ বন্দি থম্লিবনি। করম্ন ঐগী বন্দিনবু ঐওোন্দগী হেন্ন চাউব য়াত্রা? কনা

অমতনস্ন ভক্ত অদুবুদি য়েৎপ তৌদ্রে। কনা অমত্তন মঙোন্দগী হেন্ন আপত্তি তৌদ্রে। ভক্তন ইবুংঙা মশামক্তগী হেন্ন চাউই হায়বসি পুন্নমক্ খুৎ থাঙ্গৎতুন য়ানখে ভক্তি নত্রগা ঈশ্বরগী অথোয়ব ভক্ত অমগী মগুণ হায়বদু মসিনি।

## ৮। লান্ন শক-তাকপা

অপঙ্বব হায়বসিন মরম ওইদুন মীওইবন হকচাং, পুক্নিং অমসুং প্রাণ অসিবু মশামক্তি হায়ন তাকই। মায়ান কূপলব মুপা অমগী মুঙাইরব য়ারী অসি তাও। ভাংগী নিশা চাবা মুপা অমনা ভাং শেমনব খোল (শুক মচা অমসুং শুম্বল মচা) অদু মখাংদ য়ানশিল্লে নোংমদি মহাক তুরেন অমগী মপান্দ কোয়থোক্লমই, অমসুং মকম অদুদ নিশা চানীঙলদুনা উ অমগী মথাদ ফমথরম্মী। মহাক্ন ভাং অদু শেমদুন থক্লে অদুগ খোল অদু মখাংদ কিশিল্লগা নিশান ঙাওরদুন কম তুমখে। মতাং অসিদ অতোপ্প ভাং থকপা মুপা অমসু মকম অদুদ চৎলমই। মাদি মশাদ ভাং য়াঙজরমই, থকসু য়াম্না থক্লীংলমই। অদুগ মঙোন্দ খোলদি য়াওরমদে। মহাক্ন খূলাইশিং অসি নিশান ঙাওদুন তূম্লিব মুপা অদুগী মখাংদ য়াওবদু উরে। মানা মুপা অদুগী মখাংদগী খোল অদু তুমিন্ন লোথোক্তুন ভাং শেমদুন থক্লে। মথংদ নিশান ঙাওরদুন খোল অদু অতোপ্পদুগীনি হায়বদু

কাউখ্‌ত্রুন মহাক মশাগী মখ্যাংদ কিশিল্লে। ভাইহাক লৈরগা, হান্নগী মিশান ভাওব মিপাত্ত্ব হৌগৎলক্লে অত্তুগ অতোপ্প মিপাত্তগী মখ্যাংদ মাগী খোল য়ানবত্ত্ব মুন্ন য়েংলমই। মান মপুক্লিংদ খল্লকই : "শুক অমস্তুং শুম্বল মচা অসি ঐগী খ্যাংদ য়ানখিবনি। অত্তুনদি তূম্লিব মুপা অসি ঐ ওইব তারে। অত্তুবু ঐদি শাল অমুব ইনবনি, অমসিদি শাল অঙাঙবা ইল্লি। ঐন শাল অমুব ইনবত্ত্ব ওইরবদি মসিগী মুপা অসি ঐ ওইব তারে। ও! ঐদি ভাব ওন্নরুরেদনা। ঐসিবু খোল য়ানব নত্ত্রগ শাল অমুব ইনব "মুপাত্ত্ব নত্ত্রনে? নিশাত্ত্ব কোকখিত্রিফাও মান মসি ভাব তাব ঙম্নমদে। মতুংদদি নত্ত ওইদব, কান্নদব, মহাক মশামক নত্তব, চুম্নগী কুপশিনবশিং অত্তুগী মরমদ কান্নদবদ ব্লারুরে হায়ব মশান খঙজরকখি।

## ৯। গুরুগী কৃপা

মীওইবন মশাগী অশেংব মশক কাউখোক্লব অমস্তুং পুক্লিং, হকচাং অমদি অন্না-অনা ময়াম অসিবু মশা অত্তুনি হায়ন লাম্ন তাক্লবদ গুরুন মহাকী অশেংব মশক হায়বদি অপঙব অমস্তুং মাগী মশীং লাকঙমত্রব ফত্তব ফলশিংগী অরোইব অত্তু মশক তাকপি। ধোবী অমস্তুং নোংশাগী তুচুংলব ব্লারী অসি তাও।

খোবী অমনা মচানুপাদ হায় "ইচানুপা! হৌজিক নুমিৎ তারকদোরে, অদুন য়ুমদ হন্নব খোরাং তোরো। নুমিদাং হায়বসিদি ঐদি য়াম্না কিক্লে। ঐন নোংশা, কৈবু কিজদে, অদুগ অহিং অসিগী থনবদ কিবতন ঐবু অনাব পোকহল্লি।" মনাক্তু লৈব মোংশোং অমদ নোংশা অমা লোৎলমই অমসুং খোবীন হায়খিব ৱাফম অসি তারমই অদুগ মথন্দ খল্লমই অহিং হায়বসি করম্ব জীব ওইরিগবা? নিপা অসিন হায়বদগী য়েংনুরবদি মসি জঙ্গলগী নিংথৌ ওইরিব ঐহাক্কগী ফাওব য়াম্ন হেন্ন কনব অমা ওইরম্ব য়াই।" মশক খঙদব অহিং হায়বদুগী অকিবদু মহাক (নোংশা) গী থম্মোয়দ চণ্ডখিরম্মী।

খোবী অদুন নুমিৎ অদুদ নুমিৎ তারব ফাওব হল্লক্তুব মাগী গাথা অদু থিরম্মী। অমম্ব অদুদ মানা করিগুম্ব অমত্তু শেংন উব ঙম্নমদে, অদুবু মোংশোং মসুংদ শা অমা লৈবগী মখোলদি তারমই। মহক্ত মদুবু মাগী গাথা অদু ওইরবোই নীংদুন মনঙ্গন্দ অনিরক্তং ফুরম্মী। নোংশা অদুন য়াম্ন কিন খল্লি, মসিদি য়াম্ন চাউখ্রবা অহিং হায়বদু ওইব তারে। ঐবুদি চৈ অনিরক্তংদগী হেন্ন ফুৎনবিদনব ঈশ্বর ইবুঙো নংবু থুক্কমজরি। মানা হৌগৎলক্তুন খোবী অদগী ময়ুম তান্ন চৎলে। খোবী অদনা মদ, নোংশানি হায়বসি নুপখল খল্লুদে. মাম চুম্ন মদুবু পুনশিল্লম্লগা তুমথোকত্রে। নোংশা অদু অরাব অম ওইরে।

অয়ুক য়াম্ন ঙম্ন খোবী অদুন: অচৌব কি-ময়োম অম নোংশা অদুগী মনঙ্গন্দ থোঙ্গৎলে। মদু অয়ুক ওইরবসু মন্নী,

অদুন নোংশানি হায়ব শেংন খঙদে। অদুগ তুরেললোমদ চৎহল্লি। ময়াইবক থীরব নোংশা অদুন য়াম্ম কিজন মদু পুম্ব ইল্লি। লম্বীদ অসুম লাকপদ অতোপ্প নোংশা অম থেংনরে অমসুং নোক্লদুন হায়রমই: "নংন তৌরিবদুবু করিনো? নোংশা অম ওইরগ গাধা অমগী থবক তৌবসিবু ইকাইজদ্রা? পোৎ ময়োম অদু হুন্দোক্লমউ অংগ ঐগ লোয়নন চৎসি লা চ্চি" অদুবু নোংশা অসিনদি য়ারমদে, "ভাই নংদি য়াম্ম. কিনিঙাই ওইধ্রব অহিং হায়বসিন ঐঙোন্দ করি তৌবগে হায়বদু খঙদ্রে। তুমিম্ম নৈয়ু। নত্রবদি মসিন নংবুসু ফুরকনি।" নোংশা অসিগী অপঙব মতৌ অসিদ অনৌব নোংশা অদুন য়াম্ম নোক্লমই। "য়েংউ, অমুক্তং ঙংঙু করি তৌরকপগে য়েংউ" মান মদুমক তৌরে। ধোবী অদুন নোঙাল্লমদাইগী মম্লি মম্লি তৌব অদুদ নোংশা অদু উরে মহাক্ল ফি ময়োমগাদু হুন্দো্ক্লমন হৌদুন চেনখ্রে। নোংশা অদিদু উমংদ চৎমিম্মখ্রে।

গুরুন শিশ্যগী মমিৎ পাঙহল্লবদ অকিব, অরাব হায়বসিগ লোয়নন অপঙব মায়া পূম্নমক মাঙখি।

সৎ সঙ্গ য়াওবদগী মসি খঙবদ সুবোধ অমসুং বিবেক অনিদু য়াম্ম সুঙাইজরে। গুরু পূর্ণিমা নকশিলক্লে হায়বসি নীংশিলক্লদুন মখোয়ন গুরুগী আশ্রমদ হল্লিনখ্রে!

থৌদোকশিং অদুগী পাউত্তাক পূম্নমক গুরুন ব্যাখ্যা তৌরে।

অতোপ্পবু শেংদোকপিদ্রিঙৈদ নং নশাবু হাম্ম শেংদোকচখো।

অতোপ্পবু বিচার তৌদ্রিঙৈদ খ্বাইদগী রাংব জ্ঞান অদু নশান

হায় তানশিনখো। অসুম তৌরবতদ নংন অকব অমসুং কক্তব হায়বদু ময়েক শেংন খঙগদবনি। নংন মীহুৎ শিন্দুনা খঙব য়ারোই। নংন নশাগী ওইন সাধনা তৌব তাই, অদুগ অশিংব ওইরকনি।

শেল হায়বসিন মীওইবদ পুরকপ হায়ঙমগ্রব অরাবশিং অদু নং খঙলেদন। শেল হায়বসি মায়াগী থ্বাইদগী শক্তি লৈব খুৎলাইনি অদুগ মিহৌব হায়বসিন অন্তোপ্প খুৎলাই অমনি। লল অমসুং মিহৌবগী তমথিবন থল্লব পাত্রদ মায়া হায়বসিন অথুম্বগী মরিক খরদং তৈবিবনি। মরিক অমতংগী অথুম্ব অসিন মীওইববু থেমদুনা হূ পীথক্লে অদুগ লোইব নাইদ্রব অরাব নংহল্লে। অপাম্ব অমসুং ললগী মিহৌব অসি য়াম্না লুখ মরা তাখ্রদুনা নংগী আত্মা অসিবু কালি কাহল্লে। নংগী থরাই অদু শেংনব হোৎনবদ পুন্সি কয়া অম চঙব তারি। মথোয় অদুন নংবু শা অম ওইহল্লি। অদুগ মান পীবিব মঙ্গলগী মশক ওইরব মীওইবগী পুন্সি অসিদ মতিক চাদবসি উরদুনা নংবু হন্থব পুন্সিদ তাহনগনি অদুগ ইন্দ্রিগী ভোগ পীজগনি। মাগী কৃপান মীওইবগী মপোক অমুক হন্না কংগ্রিফাওব নংবু অদুম লৈহনগনি। নংন অকবগী লম্বী অদু পায়বদি লল অমসুং মিহৌ-বগী লম্বী অদু থিংজিন্নু।

নংগী কুইরব আধ্যাত্মিকপু হন্থনা খনগন্নু। আধুনিক পদার্থ সভ্যতা অসিন তিমব য়াদব, অরাকপ, লায়রব অমসুং পূরমবা ওইন সুঙাইতবশিং অদু মক্তন করিস্থ পুরক্লে; অদুগী মথক্ত

মাওইববু শাদগী হেন্ন কত্তব ফিবম অমদ ওল্লোকপিরে। মপান-থোংগী বিজ্ঞানগী অরুবশিং অসিদ ত্তাউখগনু। থাইনগী ঋষিশিং অহুত্তন ঐখোয়গী অশেংব ফনব খনবিবশিংনি। অচৌবশিং অসিগী মনুংদ ফাওব অম নত্ত্রগ অনিদি থাইনগীনি হায়ত্তন ঐখোয়ন হৌজিক হায়নরি। অমুকত্ত মখোয়গী ফজরব পাউভাকশিং অহু হুন্থবন ঐখোয়গী চাউথোকচব ওইরি। মসিদি ঐখোয়গী য়াইকবু নত্তে। পদার্থ বিজ্ঞান অসিন থাজৈশেংব ঐখোয়গী সুভাইব মরাং কায়ব অহু পীব ঙল্লোই।

নংগী অঙাওব মিৎকী অনাবশিং অহুদগী করি তম্লিংঙাই লৈ? মীওইবন কাখৎচরকপহু মখাগী থাক অহুদ কুমথরবনি। অত্তোপ্পন মঙোন্দগী হেন্ন বাংখিবহু, মঙোন্দগী হেন্ন ঙানখিবহু, মঙোন্দগী হেন্ন মরাংকায়ন সুভাইখিবহু মহাক য়েংবা ঙমদে। মহাক মশাগী সুভাইনব হোৎনবগী মহুত্ত মহাক অত্তোপ্পগী মাঙনব ত্তৌই।

থাইনগী ফজরব হায়নব অম ঐ পুক্লিংদ নীংশিংজরে। "মশাগী অকবহু থাদোক্লন অত্তোপ্পগী ফনব ত্তৌরিব মহাক অহু অচৌব মীনি। মশাগী অকবহু মাঙহন্দন অত্তোপ্পগীসু ফনব ত্তৌরিবহু মীওইব অমনি। মশাগী সুভাইনবগীদমক অত্তোপ্পগী মাঙনব ত্তৌরিব মহাক অহুদি মীওইবগী হকচাং পুব লাই কত্তবনি। অদুগ মরম লৈত্তন অত্তোপ্পগী মাঙনব ত্তৌব অহুবুদি করি কৌগদগে খঙদ্রে।" ঙসিগী মী অয়াম্বদি অকোনবগী মী মাল অসি ঙাক্ত ঙায়রে। মী খুদিংন অমন অমবু মাঙনব

তৌনরবদি করি ফিবম ওইরগদগে খঙব লুম্রা? মফম থুদিংদ কাং-থোং চাইব, অরা-অনা ঙাক্ত ঙায়রবনি। মসিনি এখোয়ন ঙসিগী সংসার অসিদ ফংলিবসি।

অময়োমদ অঙকপ পুম্নমক্কী অঙকপদি—মী অমর্তন মিকুপ অমত্তম্ন খন্থনব লেপ্তে। মী থূদিংব মী থূদিংনী মতুং ইল্লি। মী থুদিংন য়ুম্লোম্নবু মুংশা ফংহননত্রে। মী থূদিংন অচুম-অরানগী য়াখল তৌনদন অরানব লম্বী চৎনরে। নহা অমন স্কুল কায় মরমদি মপান স্কুল কায় অমদি অতোপ্প অঙাংশিংন স্কুল কায়। মহাক্ত থবক থি, মরমদি মী থূদিংন থবক থি। মান লুহোংই মরমদি মাগী মপা, মপু অমদি মপুথৌত্থ লুহোংই। মান লল ঙাল্লি। মরমদি অতোপ্প মীন লল ঙাল্লি। পুন্সি অসিবু অরেম্বদ মাঙহল্লে, মরমদি মান মসিবু শিজিন্নকম খঙত্রে। পুন্সি অসি পোকপ; অঙাং ওইব, চাউব, অহল ওইব, মোংফমদ চঙব অসিবু পুন্সি ওইন মান খল্লি। মসিদি বারীদ এখোয়ন উখিব গন্ধর্বসেন শিবদ মথং মথং নিংথৌ কাওবন অরাব কোংদোক্লখিবতুগ মাময়ে। অছুবু ঙশেংন অচুম্ব থিজব অমনদি অশুম্ন থক তৌদে। মাদি খোঙথাং থুদিংগী লেপকনি অমদি থনগনি। মাদি থক্তো-য়কপনি। মান য়াখল তৌগনি অতুগ জ্ঞান ফংগনি। মতুদগ্ত মহাক্ত শংশারিক ওইব তোকনি অমসুং আধ্যাত্মিক পুক্লিং চঙলকনি। মহাক অশিংব মী ওইরগনি।

মসিগী সাধক অসিদি ভক্তিগী সাধনা তৌরবনি। এখোয়ব খাইদগী চাউব মী থিবগী বারীদ ইবুঙো মহাক কাওব ভক্তগী ওইরিবনি।

ভক্তি অমসুং জ্ঞান থুন চাওখৎলকুবদ সাধক মহাক্কু মতম কুইম হকচাং, মুংশা থৗর অমদি পুক্লিং অসিবু মশামক্তি হায়ন লায় খল্লুবদু খঙলকনি। মহাকী মশাগী মরু ওইব প্রকৃতি অমসুং মদুবু খঙবদ পীরম্লিব অপনব অদুগী প্রকৃতি অনিমকী ওইব জ্ঞান অম লাকই। মসিনি ঐখোয়ন ভাং থকপ অদুগী ৱারিদগী ফংলিবদি।

অরোইবদ, নোংশা অনি অদুগী ৱারিদগী ঐখোয়ন খঙই মদুদি—ঐখোয়গী ইথক্ত কুপ্লিব অপঙব অসি অসুপকী মতিক কনখ্রে অমসুং শক্তি লৈখ্রে মদুদি নোংশান অঙকপ অহিংবু কিবদু মঙাইখ্রে। অদন ঐখোয়গী অশেংব প্রকৃতি অদু তাকপিনব অমদি ঐখোয়ন "শিবম, শচিদানন্দ স্বরূপম" হায়ন লাউবদ ইনাক্ত লেপ্পিনব অমদি লমজিংবিনব গুরু অম অতোপ্প নোংশা অম দরকার ওই। অৱাব, মুঙাইতব, অপঙব, নীংবকায়বগী খোৱীগী কি পুব নোংশাগুম, মতম কুইম পুররুব পোৎয়োম অসি ঐখোয়গী তৌরককম শক্তিগী লমদম অদুদ হেক চোংশিনবগ থাখদুন হুন্দোক্লম-গদবনি।

অঙাংশা, অসিগুম্ব থরাইবু হোদোকপ থোদোকশিং অসিদ মায় পাক্লব অমদি ভৌতিক জীবন অমসুং আধ্যাত্মিকী জীবন অনিগী জ্ঞান লৈরব মতম অদুতদ অঙকপন থল্লব অত্মা-জ্ঞান অদুদ দিক্ষা তৌব য়াই। লাউ, ঐন মখোয়বু হৌজিক শেংলব সন্ন্যাসিগী শাগৈদ দিক্ষা পীরগনি। অদুগ মখোয় অনিবু কৃপা পীবিনব, মখোয়দ লোম্ব নাইদব কৃপাগী লমদম অদুদ চঙনব পাঙ্গল পীবিনব, অহনব লৈতব নীংবগী শক্তি পীবিনব ঈশ্বরবু প্রার্থনা তৌজরি।

---

## ১০। "পোৎ অমসুং মমি"

নুপা অমন মহাক্কী মমি অসিবু য়াম্না পামজরমদে। মদুন মতম পূম্নমক্ত মাবু মতুং ইন্নব. মিকুপ খুদিংগী মাবু ভাম্নবদু থঙলমই। মান মশা মথন্তু হায়জরমই "ঐন মসিগী মমি অসি ফুমজিনব ভারে। ঐন মসিদগী অরাব কোক্লপনি।"

মহাক্ল অরুব কোম অম তোরে। মহাক্ল কোম অদুগী মন্নুংদ য়েংলে অমসুং কোম মন্নুংদ মহাক্কী মমি লৈবদু উরে। মহাক হায়নীংঙাই লৈতন নুংঙাইরে। অদুদগী মহাক্ল কোম অদু য়াম্না থুন লৈপাক্ল ফুমজিল্লে। মহাক্ল কোমদ লৈপাক হাপচিনবগ মমি অদু মথক্ত ফাওগৎলক্লে। য়াম্না হেক থুন ফুমজিনবগ মমি অদুসু য়াম্না থুন মথক্ত কাথৎলক্লে অদুন মান থবক অসি তোক্লে।

মথংসিদদি মহাক্ল মমিদগী থাপন চেনথোক্লীংলে। মহাক্ল কম্ন চেল্লে অদুবু মান নুমিৎকী ওন্ন-তৈনবদ চেল্লমই। মান মাগী মমিদুবু মমাঙদক্ত চেনব উরমই। অদুন মান ঙমজব মখৈ কম্ন চেল্লবসু ফাব শুকঙম ঙল্লমদে।

মান মনীং হন্দুন নুমিৎ মায়োক্লন অমুক চেল্লক্লে। মহাক হৌজিক মমিদগী মমাঙ থাব ঙম্লে অদুন মান থর হরাওজরে।

অকোনবদ, মহাক্ল অতিয়াদ মমায় ওন্দুন পোংন হিপলে অদুগ য়েৎলোমদ, ওইরোংদ ওন্থোকতুন মমি অদু লৈত্র য়েংই, লৈতে। মান মদুবু ফুমজিনখে। মরম অদুন মান শান্তি ওইন তুমজরে।

অসুমদোন, "ঐ হায়ব" "ঐগী হায়ব" অসিন মীওইবগী মতুং ইল্লি। খোঙথাং খূদিংগী তাদ্রে। সাধক অমন ফুমজিনগদব খ্বাইদগী ৱাংবদি মায়াসিনি। মহাক্ন চেনব হৌগৎলকপদ মসিন হায় মমাঙ থান চেনখ্রবনি। মায়ান মহৈগীদমক চাউথোকপ, তপস্যাগী-দমক চাউথোকপ, সেবা-অভিমান অসিনচিংব তোঙান তোঙানব মওং ওইরকই। মহাক্ন ঈশ্বরোমদ চেল্লবতদ মসিন তু' থংহোই। মহাক্ন মপূংফান ঈশ্বরদ চঙজরবতদ মসি মপূং ফান মাঙখি।

মরম অদুন, অথোইব মঙালগী মঙাল আত্মা অদুদ ওনশিল্ল্র। নশামক মপূং ফান, অখাকপ লৈতন, পূর্ন-আত্মা অদুদ চঙজৌ। নশামকপু খঙউ অমসুং মিকুপ অসিমক্তদ ননীং তম্ম্র।

---

## ১১। নুংঙাইবদি নশাদ লৈ

মতম অমদ কৃষ্ণ কৌব নহা অম লৈরমই। মহাক্ন নুংশিজরব মশক ফজবী মাগী মুপীনে, মচা অনিনে য়াওব ইমুং মনুং মচা অমদ য়াম্ন নুংঙাইন লৈজে। মান ইমুং মনুং অদুদ অসুপকী মতিক পূক্নিং লুপচখ্রে মতুদি মান কদৌঙৈদসু থাপ্তোক্ন লৈব ঙম্লমদে। মাঙোন্দদি অঙাং মচা অনি অমসুং ফজরবী মুপী অদুন লোম্ব নাইত্রব নুঙাইব অদুগী হৌরককম ওইরম্মী। মাগী ৱাখল হায়ববু মতম পুম্নমক্ক "ঐগী ইচা মুপা, ঐগী ইচা মুপী, ঐগী মুপী" হায়বসিনি। অসিদসু নত্তন মাগী মপান নাইত্রব লন-থ্রমসু লৈরমই।

মতম অমদ মাগী থুল অসি খর হেন্না খুদোং চানবগীদমক মায়োক্লব তুরেল ব্রাংমদ হোংলগে হায়ন নীংলমই। মরম অদুন মরন মথ্ুম পুন্নমক থ্ুগাইরে। য়ুমলোন-কৈরান্নব মরুপ মপাং পুন্নমক বিদায় তৌনত্রন তুরেল ব্রাংমগী অনৌব থুল অদুদ মতু-মচা পুন্নমক পুদুন চৎলক্লে তুরেল মপান সুম য়োৌরকপদ তুরেল অঠ পিক থন্না ঈশিং চাউরমলে। খূ-মুক্ত য়ৌব মফম অম খিরদুন মুপি অদুবু মচাশিং অঠ পুহল্ল, অদুগ মহাক মশান পৈশাগী বেগ অদু পায়রদুন অতৈ লন-থুম পুন্নমক মকোক্ত পুরদুন লানব হৌরক্লমই। খোঙথাং খর চৎলগ ঈশিং অদু অম্নুন অম্নুম লুথরমই। মতু মচাগ লোয়নন অতোপ্প থুল অমদ চৎলগ মুঙাইরুগনি হায়ব ব্রাখল অদুন মাবু খোঙথাং হন্দোকহল্লমদে। যেশা-উপাইন তুরেল অদু লাংহোক্লুন খুন্দারুব অসিন মাগী আশানি।

নহা ওইরবী মুপী অদু য়াম্ন চোকথরে। মহাক্ল অঙাং অনি অদু পুব ঙমলক্তে। ঈশিংগী ঈচেল অদুসু য়াম্ন কল্লম্মি। মহাক্ল অঙাং অমবু পুবিনব মী অম দরকার লৈরমই। মসি মহাক্ল মপুরোইবদ হায়জরমই। মরাদুন খল্লি "এ হৌজিক পৈশা অসি পুগত্রা নত্রগ অঙাংশিং অসি পুগত্রা নত্রগ মুপী অসিবু চিংগত্রা?" মহাক্ল ঙাইহাক মপুক্লিংদ খল্লুরগ লেপচরকই। অঙাংশিং অসি থাদোকপ ভারে। মুপীসিন নহা ওইরিবনিন পামবু পাম্নবদি অঙাং অনি অহুমদি পোকপ য়ারি। অশেংবমক, মহাক্ল অঙাংবু লুন তৌরমই অমসুং মুংশিজরমই। মদু মুপীগ য়েংনরুবদ খরদং হন্থবগী ব্রাদনি। ভশেংনমক অঙাংদগীদি মুপীন হেন্না মাবু মুঙাইহনব

ঙমগনি। অমুক খন্ননিঙাই লৈতে। মহাক্ত অঙাং অনিহু ঈচেনহুদ থাদখ্রে অতুগ মুপীতুবু চিংজুন পুরক্লে।

ঈশিংগী ঈচেল অমদি অরুবতু অসুম অসুম হেল্লমই। তুরেল ময়ায় য়োরকপদদি ঈশিং অচ থবাক য়োরে। ঈশিংচাউব হায়বতু ওইরে। নহা ওইরিবী মুপা অতু য়াম্ন চোকথরে। মহাক খোঙথাং অম ফাওব থাংব ঙমদ্রে। লেংবান্দ থাঙ্গত্তুন পুদ্রবদি মাবু কন্নবগী উপাই অমত্ত লতে! অসিগুম্ব ফিবম অসি য়োরক্লবদ মুপা অতুন খল্লি মুপীসিগ পৈশাসিগ করম্বন ঐবু মুঙাইহনব ঙমগদগে? মহাক্তি অনিগী মনুংদ অমতমক পুব তারমই। মুপী অতু মাঙখ্রবস্থ মঙোন্দ লৈরিব পৈশা অতুন অমুক লুহোংতুন মুঙাইন পানব য়ারি। অতুবু লল অতু মাঙখ্রবদি মতু অমুক তানবদ অকিবগী মশক ফংন অরাব তারগনি। মান পায়রিব পৈশা অসিদগী মাগী মুপীন হেন্ন মুঙাইহনব ঙম্লোই। মরম অতুন মান মুপী অতু থাদোকপদ লেপ্লে অহানবদ অঙাং মথংদ মুপী অনিমক মাঙখ্রে। মাবু মুঙাইহনগনি হায়ন খল্লিব পৈশা অতুগী মমাঙদদি মখোয় অতু কহিস্থ লৈতবনি।

তৌইগুম্বস্থং মিনিট খরগী মতুংদদি ঈশিং লুবতু থংহেন হেনগৎ-লমই মতু ঙক্লগী হেন্ন লুরমই। মান মশাদগী হেন্ন করিমত পুব ঙমলক্তে। মকোক্ত করিগুম্ব অমতং য়াওবদ মহাক শোয়দন ইরাক্ল-রগনি। রাখল অসিনস্থ মাবু অমুক নৈবিরে। মহাক্ত অমুক খল্লকই। "পুন্সি অসিন খ্বাইদগী মমল য়াম্বনি। মসিদি মরুওইব মুঙাইবগী হৌরকফম্নি। মসিবু মাঙখ্রবদ মুঙাইব অমত্তস্থ ফংলরোই।

পৈশ হায়বসি'দ করিগুম লৈতে। মহাক্কু মসিবু তানব ঙমই। অদুবু পুন্সি অসি মাঙহনব সুপম্বা য়াদে। মসিদি নুঙাইথি-গদোবদুনি। অদুগা থমদুনা মহাক্ক পৈশা মঙোম অদু ঈশিংদ থাদখ্রে অমসুং ভুরেল বাংমা লাম্হোক্কুনা অনোবা থুম অমুক্ক যৌখ্রে।

মরূপশা! মথোয়না য়ারী অসিদগী কয়ি তম্বগে? মী পুন্সমক্ক নুঙাইব পাম্মী, নিত্য সুখ পাম্মি। অসিগুম্ব নুংঙাইব অসি লৈ তায়না থনব মক্কম অদুদ অপান্স, মুংশিব পুন্সমক থাদোকনি। মথক্কী য়ারী অসিদ অপেংব নুঙাইবদি মী মপা অদুদ লৈরে, মপানগী পোঙা লৈতে। অঙাংশা! তপেংব নুঙাইবগী হৌরককম অদু শেন্মু। নচা ওইরিব মুপী অসি নুংঙাইবগী ভুংনক্কমনি। অদু ওইদুনসু শেল হায়বসিন অমুক হেন্না নুংঙাইকম ওই। অদুদগীসু হেনব লোম্ব নাইদব নুংঙাইকম অদুদি ইশাদ লৈরে। মায়াগী কম ভূম্ব অদুদগী হৌগৎলো! বিবেক অমসুং বৈরাগ্যন যে'হ হায়বদুবু ককথৎলু। মসুংদ থিয়ু। মপান নাইত্রব নুংঙাই-বদুগী হৌরককম লোম্ব নাইত্রব আত্মা অদুবু থিয়ু। শান্তি অমসুং কৃপাদ পোথাঙ।



## ১২। অরোৎপা মনগৈ

অঙাং খরনে মতৈ-মনাওনে চাব য়াম্ন লায়রব ইমুং অমদ লৈরম্মী। মখোয়ন চানবগীদমক্ত য়াম্ন কন্ন নোমলম্মি। করিগুম্বদ কৈখেল অমদগী কৈখেল অমদ পৈশা নিব নম্রগা তুম মচেৎ অমা নিমবগীদমক চৎলমই। মখোয় অস্নপকী মতিক লায়য়রমই মদুদি ইনাকখুনব অমগী মখূত্ত লৈব পৈশা খম উবদ মপূম্নিঙদ চাং লাউই। পূকচেল চাউব কনাগুম্বদগী পৈশা খৱা কংলবদি মদুন ভঙাইকদবশিং অদু লৈগনি অদুগ ময়ুমদ হন্নগ ঙাইহাক পোখাজগনি। অয়াম্ব মতমদ মখোয়ন চাদন, সুঙাইতন, মখোয়গী অৱাব অদুগীদমক তেংথাদুন চৎকনি। মখোয়দি অৱাব-সুঙাইব মাঙব-তোংব হয়াওব অমসুং সুঙাইতবগী মরক্ত লৈবনি।

তৌইগুম্বসুং, ভশেঙবমক্তি মখোয়গী মচা-মশূগীদমক্তি মখোয়ন খঙজদব লন-থুম য়াম্ন লৈ। মদুদি মখোয়গী খংবোকশঙ শারিব য়ুক্ষম মখাদ ফুমলি। মখোয়ন মদু তৌথোক্লবদি লনগৈ অদু থেংনদুন মখোয়গী অৱাব কোক্নদবনি।

মীগী জীবাত্মাগী খোঙচৎ অসি মসিগ মায়রে। অপঙবসিমক্তন মরম ওইদুন হকচাং অসিগী মখাদা লৈরিব আত্মাগী মপান নাইস্রব সুঙাইব অদু খঙজদে। মহাক্ন সংসার অসিদ ইন্দ্রিগী ভোগ চাত্তন কোয়চৎ চৎলি। সুঙাইব হায়বসিদি প্রিয়া, মোদা অমসুং প্রমোদ হায়ব হায়ব বৃত্তি মখল অহুম খোকপ কৃপাগী খাউদগী খোরক-পনি। প্রিয়া হায়বসিদি অপাম্ব পোৎ য়েংবদগী কংব সুঙাইব অদুনি। মোদা হায়বসিদি মপাম্ব পোৎ ফংবগী সুঙাইব অদুনি। প্রমোদা

হায়বসিদি অপাম্ব পোৎ অদু ভোগ তৌবগী মুঙাইবদুনি। মথং মথং মীংব থুংবন পূক্লিংগী অনীংবদু থর কোমথোররকপদ মীওইবগী জ্ঞান অসিন আবিদ্ধ লানথোক্তুনা আত্মাগী থৌজান অলোমদ মায় ওনশিল্লকই।

মহাক্ন মায়থুম কি অহু শেগাইয়বদি অরা-অনাশিংন য়োয়ব মুঙাইব থরগীদমক সংসারগী কৈথেনশিং অসিদ কোয়চৎ চৎলোই। মুমিৎ খুদিংগী কম ভূম্বগী মওংদ জীব অসিন লনগৈ অদুগী মনাক্ত চৎলি তৌইগুমম্নুং অপগুবগী কিজন খনথিবন মহুবু কংব ঙমদে।

মহাক্ন অপগুবগী কমুং অগুবু আত্মাদ খন্দোক-খঞ্জিন তৌদুন থিজিনবগী য়োৎপাক্ন তৌরবদি মহাক্ন আত্মাগী লোত্তুনা লৈব লনগৈ অদু কংব ঙমগনি। অদুগা আত্মা সম্রাট নক্রগ মথাগী নিংথৌরেল ওইজগনি।

## ১৩। "থবায় অসিন থবাইদগী হেন্ন পাম্মুজে"

চহি কয়াগী মমাগদ আকবর কৌব নিংথৌ অম লৈরমই। মহাকী বীরবল কৌব লৌশিং লৈরব মন্ত্রি অম লৈরমই। আকবরগী পাক-চাউরব সম্রাজ্য অম লৈরমই অমসুং মহাক্ন মদুগী-দমক চাউথোকচরমই। লৌশিং লৈরব বীরবলন মহাকপু মুংশি-বিরমই। মহাক্ন মিৎয়েং চুম্ন পুররুনব মহাকপু ( নিংথৌবু)

চুমথোকপিনী়লমই। মরম অতুন নোংমা আকবর অমত্তুং বীরবলন উমংদ শাতানর চৎপদ বীরবলন নোমুক্ত আকবরগী মকথদ হরংলি। "ও, নিংথৌ মংগী পাকচাউরব সম্রাজ্য অমা লৈরে, তৌইগুম্বত্তুং হৌজিক নহাক অসি ঈশিং য়াম্ন খেরাংলে অমগুং অনকপদ ঈশিং অমত্ত লৈত্রে হায়ন খল্লসি. অদু ওইরবদি নতোন্দ করি ওইরমগনি আকবরন খুম্লকই "ঐন ঈশিং কংত্রবদি ঐ শোয়দন শিরগনি"।

বীরবলন মথা তারকই, "কনাগুম্ব অমন মতম অদুদ নংগী লৈবাক তঙ্খাই অম পীয়ু. ঈশিং তেঙ্গোৎ অম পীগে হায়ররে হায়ন খল্লসি মদুদ নংন য়াগত্রা? "শোয়দন, ঐন তৌগনি। আকবরন খুম্লকলমই। মথরাই কনবগীদমক কনানবু লৈবাক তংখাই অম দোকলোইদগে?" বীরবলন অমুক হংলমই, "মহারাজ ইবুঙো! অদুদগী নংন ঈশিং অদু থকপদগী মমৈদদি ঈশিং মরীগী বেরা অমন নং ঈশিং চৎপ য়াত্রে অদুন অঙকপ অরাব অম মায়োক্লরে। নংন অফাওব মাইব ডাক্তর পুম্নমক তামবদ মংবু লায়য়েংব ঙমত্রে অদুদি নংন করি তৌগনি? "ডাক্তরন ঐবু লায়য়েংব ঙমত্রবদি ঐ শোয়দন শিরগনি" আকবরন খুম্লমই। মহারাজ ইবুঙো! হৌজিক্তি তাবিরো। শিবগী য়াম্দুন সৈরব অরোয়ব মিকুপ অদুদ কনাগুম্বন নংগী অতোপ্প লৈবাক তঙ্খাই অদু পীয়ু নবুক্তগী ঈশিং অদু লৌথোকপিগে হায়রবদ নহাক য়াগত্রা? "করিগী য়ারোই" নিংথৌন খুম্লকই। "শিগদোরব মীগীদি মথরাই কনবগীদমক করিগী লৈবাক থাদোক্লোই?" "হৌজিক্তি

ভাবিরোদো পূকচেল চাউরব নিংথৌরেল।" লৌশিং নৈরব বীরবন মথা তারকই "নহাক্ল নৈবাক তথায় অম ঈশিং তেঙ্গোৎ অমগীদমক থাদোকপ তাই, অদুগ অতোপ্প নশাদ চঙখিব ঈশিং খর লৌথোকপগীদমক নৈবাক তথায় অমদুসু মাঙব তাই। মসি-নদি নংগী নৈবাক অদুগী মতিক চাবরা? ঈশিং তেঙ্গোৎ অম লৌথোক-লৌশিন ভৌবগীদমক নংগী সম্রাজ্য অম মাঙব তারি। অদু ওইরবদি, নিংথৌরেল! মহাক্ল ঈশিং তেঙ্গোৎ অমগী মমল ওইব সম্রাজ্য অসিগীদমক করিগী নাপল ভৌরি?

লৌশিং নৈরব মন্ত্রিগী অশিংব জ্ঞান অদু নিংথৌগী থম্মে ইদ মমি তাখ্রে। বীরবলগী ৱাথলন থল্লব ৱাকম অদুদ লুন খন্থ্রে। মতম ওাইহাক্কী মতুংদ মহাক্ল পোঙজরুরিব সম্রাজ্য অদু মমল য়াওদে হায়বসি খঙলকপদ মথরাই শোকখি। নিংথৌগী থম্মোয়দ মমল খঙবগী নোংঙাল্লে হায়বসি খঙবদগী বীরবলন মথা তারকই, "ইকাইখুম্নকম ওইরব হে, নিংথৌ! মসিদ ৱানিঙাই করিসু নৈতে। ঐন হৌজিক খঙজরে অদোম সম্রাজ্যগী কারদব অদুদ অৱাব ওইরে। অৱাব কোক্লব, মতম কুইন শাস্তি ওইনব উপাই অম নৈরে। ঐ মদু লীজগে পুক্লিং চঙন ভাবিয়ু।"

"ইন্দ্রিবু নুঙাইহল্লিব সংসারগী পোৎশিং অসিবু মীওইবন য়াম নুংশিজে। অদুবু ইন্দ্রিশিং অসিন পোৎশিং অদুদগী হেয় অমুক নুংশিজে। খুদম ওইন মুপা অমবু ডাক্তরন মতম শাংন সিনেমা য়েংগনু মিৎ শোকনি হায়রবদি মুপা অদু সিনেমা য়েংব চৎলরোই। তৌইগুম্বসুং পুক্সি, অসিন অমুক ইন্দ্রিদগী

হেন্ন পাম্মুই। করিগুম্ব মিৎকী লায়না অমদগী মিৎ অসি লৌথোক-খ্রগা থরায় হিংগদব লৈরবদি য়াম্ন হরাওব মিৎ অসি কোৎ-থোকনি অদুগ থরায় হিংনব তৌগনি, অদুগ ঐ ( আত্মা ) হায়-বসিন পুন্সিদগী অমুক হেন্ন পাম্মুই। কনাগুম্বন লায়না অমদগী কুম্ন লায়না ওইদুন অরাব থাগুলবদি মহাক্ন মহাকী পুন্সি অসি ফাওব থাদোক্লোঁইই। মীওইবন মশাবুন থরাইদগী হেন্ন পাম্মুই মরমদি মসি মাগী শাগোম্নজব কুপা অমনি। অদুন মহারাজ ইবুঙো রাবিরুগম্নু। আত্মা হায়বদুবু থিবিয়ু। আত্মাবু খঙবিয়ু। আত্মাদ লৈবিয়ু। নহাক্ন পোৎশিং অসিদ ফ ঙমদ্রব শান্তি অমসুং নুঙাইবশিং অদু থেংনগনি। শান্তিদি মনুংদ লৈবনি, নুঙাইবদি মনুংদ লৈবনি। মপানথোংগী পোৎশিংদ নুঙাইব থিবদি অরেব কান্নদবনি। লন অমসুং সম্রাজ্যন শান্তি পীব ঙমদে। অমরোমদ মখোয়দি অপঙবদ রানবগী মরুনি। পোক্ত নুঙাইরিবসি মায়ানি। মখোয়সিদি রাথলন শাজিনব ঙাক্লনি। মমৈদ অরাবশিংগী হৌরককম ঙাক্তুনি। অনা অমগী নুঙাইবসি অনা তরামঙাগী অরাবগ য়ান্নরবনি। পৈশা হায়বসিদি করিস্ন মমল য়াওদে। পৈশা-গীদমক কনানস্নু ফরিব মদিৎ অম মাঙনীংদে। মহারাজ ইবুঙো আত্মাবু খঙবিয়ু অমসুং নুংঙাইবিয়ু।"

বীরবলগী অশিংব রাহৈ অমসুং রাথল চঙব পাউত্তাকশিং অসিদ আকবরন বীরবলগী মফমদ ইকায় খুম্নব, তৌবিমল খঙব উত্তুন থাগৎখি অমসুং মাগী পাউত্তাক মতুংইন্ন থবক তৌগনি হায়খি। আকবরন মাগী পাকচাউরব সম্রাজ্যগী কান্নদবদু খঙজখি।

মথংদ সংসারিক ওইদব বৈরাগ্য, প্রেম চাওখৎহন্দুন ধর্ম্মগী পুন্সি অমা ওইন লেন্দুন শান্তি ফংখি।

———

## ১৪। 'মায়া অমসুং মেজিক তৌবা'

উদয়পুরগী রানা রায়সিংহ অদু মাগী দরবারদ ফমমই। মসিদ মেজিক তৌব মুপা অম থুংলরদুন মাগী অণকপ মেজিক খর তৌজনব রানাদগী য়াথং নিজরমই। রানান য়াবিরে। মেজিক তৌব অদুন লশিংগী লং অকুপ্প অম মথক্ত হুনগৎ'ল। লং অদু অতিয়াদ করিগুম্ব অমত্ত য়াওদন চপতিংন য়াম্দুন লৈখ্রে। মেজিসিয়ান অদুন রানাদ হায়, মাগী লং অসি স্বর্গদ যক্ষ লোক য়ৌখে, অমসুং যক্ষ নিথৌন লাম্মী য়াম্ন পুরদুন লান তৌব লাক্লে হায়রমই। মসি হায়রদুন মুপা অদুন লং অকুপ্প অদুদ অতিয়া ভম্ন কাখৎখ্রে অমসুং মশক উখিদ্রে। ভাইহাক লৈরগ অকনব লান শোক্লবগী মখোল অম তারমই। তেন কাপ্প, ককথৎপ-য়ানথৎপগী মখোল তারমই। মেজিসিয়ান অদুগী মখোঙ-মথূৎ হকচাংশিং অদু তারকলমই। তারকপ হকচাং অদুগী মনাক্ত মেজিসিয়ান অদুগী মুপীন চেনশিল্লক্লুন কপ্লরে। মহাক্ল নিংথৌদ মপুরোইবগী মশা অদু পোংলোইনব শীং খর নিজরমই। শীং অদু শেম-শারবদ মুপী অদু মপুরোইবগ লোয়নন মৈ থাদোকখ্রে। ভাহাক লৈরগ মেজিসিয়ান অদু লং অদুদগী কুমথথরকই। মহাক্ল রানাগী মফমদ থুরমদুন মাগী মুপীগী

মরম হংজরমই। রানান থাজদ্রব রা মরম পুন্নমক অসি লীরমই। মহাক্ন মাগী সুপীগী মমিং পন্দুন কৌরমই। অঙকপনি সুপী অদু রানাগী মনাক্তগী থোরকই।

মায়াগী থবক ময়াম অসি মহৌশাদি মেজিক তোব মুপা অসিগী কুম্মৈগুম্মি। মহাক্কী থবক অসি অতিয়াদ য়ানব লংগুম ঙাকথং-শোগৎপ অমত্ত য়াওদে। লং অদুদ লান, মাগী মায়থিব, শিব-নচিংব তৌই। তৌইগুম্বস্তুং মতৈ-মনাও অদুদি থাঙ্গৈশেংন হিংই। করিগুম্ব অমত্ত থোক্তে। উরিব পুন্নমক অদু ইচম-চম্ব উহনব কুম্মৈ ঙাক্তনি। অবিদ্যাগী থবকশিংস্থ মসিগুম্ব ঙাক্তনি পোকপ, অহন ওইব, শিব, হোংব, শাগৎপ অমস্তুং থুগাইবনচিংব অসি পাক চাউরব মায়াগী সংসার অসিনি। অদুবু অশেংবদি করিসু তৌদে। পুন্নমক অসি মায়ানা উহনব ঙাক্তনি। য়াম্ন চাউন ঙাম্মোইরিবদি অমত্ত ওইব মহাক্তনি। উরিবশিং অসিদি মায়ান ওইহনব ঙাক্তনি।



# ১৫। খ্বাইদগী পামজব

ইনাকখুনব মুপা অমন উইল অম থম্লমই। মহাক্না মচা মুপা মরাম পোক্লমই। উইল অদুদ মান হায়রি "ঐগী ইচামুপা অমমমন মখোয়ন খ্বাইদগী পাম্ব পোৎ অমমম থনজসনু। অরেম্বশিং অদুন ঐগী খ্বাইদগী ফব মীনাইশিংন কংজসনু"।

আইনগী বিচার লোয়শঙন মচাশিং অদুবু মান মান পাম্ব পোৎ অমমম থম্লনব হায়রমই। অমন কোমুং অদু থল্লে। অমন মমল য়াম্ব মণি-মুক্তাশিং অদু থল্লে। অমন হৈকোন-লৈকোনশিং অদু থল্লে। অতোনবদুন হৌগৎলক্লগ হায় "ইবুঙো, ননাই ঐদি ইপাগী মীনাইশিং অসি থনজরে।"

মী পুম্নমক চম্বরে। কয়াদ মরাইবক থিরব মথলনো? অদুবু মপান থনম্ব শেন-থ্বমশিং অদু মচাশিং অদুন থলব মতুংদ মীনাই থনব মচা অদুন মীনাইগী পোৎ য়াওন ললথ্বম পুম্নমক্না মপু ওইগনি।

মরমদি আইনগী মতুংইন্ন মীনাইগী লল অসি মপুগী ললনি। অরেম্ব লন পুম্নমক্না মথক্ত মীনাইশিংদু য়াওব নহা অদুগী ওইথি।

অশিংব সাধক অমম্ম ফিভম অসিমক্নি। মহাক্ন খ্বাইদগী হন্থব ফিভমদ লৈ, খ্বাইদগী লোল্লকই, খ্বাইদগী চন্ন লৈ। লাময়বগ অনাব অমম্মুং অরাব তারবশিংবু সেবা তৌবদ মহাক্ন মুওাইব ওমই। মখোয়শিং অদুদ মহাক্ন ভগবানবু উরে। অদুদি মহাক্ন করি ফংবনো? মহাক্ন সংসারগী মপু অদুগ তিন্নব ফংলে। লাইগী

ওইব অপান্ব পুন্নমক্কী মহাক্ন মপু ওইরে। মসিদগী তেন্ন চাউব অত্তোপ্প কৱি লৈরি ? তৌইগুম্বগুং পুন্সি অসিদ পোৎ মচা-মচাশিংবু থম্লিব, ইন্দ্রিগ মরী লৈনব পোৎশিং অসিদি পুন্সি মাঙব কান্নদব ওাকনি'।

ঈশ্বরবু থিজিনবদ চঙশিল্লু। বিশ্ব-জ্ঞানগী থরাইদগী চাউরব লন অদু ভানশিল্লু। পুন্নমক নঙোন্দ তিল্লগদবনি।

# ১৬। নিংথৌগী হৌদোঙগী ৱারী

থাইন মমাঙদগী নিংথৌ অম লৈরমই। মাগী হৌদোঙ অম লোইরমই। মান মকোক্ত থাউমৈ অম থাল্লমই। মান অহিংদ থবক সূরমই। মান মাগী মন্ত্রিশিংদ হায়রমই। হে মন্ত্রি, নথোর অসি হৌদোঙগুম হায়ব ইনদে। মসিগী হৌদোঙসিদি এঙোন্দ য়াম্ন হায়ব ইল্লি। এন মসিগী মকোক্ত থাউমৈ অম থাল্লি। এন এগী থবক পুন্নমক মুমিদাংদ তৌই। লৌশিং লৈরব মন্ত্রি অমন হায়। "হে নিংথৌ অথোইব, এ হৌদোঙ অসি চাং য়েংজগে" মান থুমোক অমদ উচি মচা থর হাপচিল্লে। অদুগ নিংথৌগী কাঙ্গুদ চঙলক্লে। মান কান্নদ উচিশিং অদু থাদোক্লে. হৌদোঙ অদুন উচিশিংদু হেক উবগ, চোংশিন্দুন উচিশিংদু কাখি। থাউমৈ অদু তারকখি। মন্ত্রিন হায় "ও, নিংথৌ, হৌদোঙগী অচুম্বদু কদায়নো ?"

কা মহুংহূদ উচি অমত লৈত্রে। অদুগ হৌদোঙহুস্থ তুমিন্ন লৈখে। নিংথৌন ইকায়বন মকোক লূকথখি। পুক্নিং অসিন পোৎ অদুবু হেক ফংব ঙমত্রবদি, মসি মতম থরদি তুমিন্ন লৈ। থুদোংচাব খজিক্তুং ফংবদ মসিন হৌদোঙগুম্ন হেক্ত চোংশিল্লি। অদুগ ইন্দ্রিগী অপাম্বদ কুমথৈ, অদুন ভক্তশা। চেকশিন্ন, চেকশিন্ন, চেকশিন্ন।

## ১৭। "অঙাং অমগী লৌশিং"

মতম অমদ মমা অমন মচাদ য়ারী অম লীবিখি। মহাক্ন মহুবু পুংচুম চুম্ন লৌহুন তাখি। অপঙব মীন সংসার অসিবু চুম্ন লৌবগুম সৌরাষ্ট্রদ ইনাকথুনব নিংথৌ অম লৈরমই। মহাকী লৈবাকস্থ লৈতে, মরল-মথুমস্থ লৈতে। মীনাইস্থ লৈতে, কোম্নুংস্থ লৈতে। মাগী অঙম-অথৌ কমনাইব অমত্ত লৈতে। মান জিম্নো মহারাণীগী ফজরবী মচানুপী লুহোংখি। অদুগ মচানুপ মঙা ফংজখি। মমি অমদি পোকপ নত্তে, অমদি মীরোন্দে। মতম অমদ মান মুংশিত্ত শিকার চৎখি। য়োৎকী বিম অমগী মত্তেংন মহাক্ন শাম্নু অমগ কৈ অমগ কাপলমই। অদুগ মাগী লৈত্রব সহর অদুদ পুন্নকক্লমই। কার্বোন্‌ডাইওক্সাইদ অমন্নুং সলফেদ হায়-ড্রোজেন্ন, মহাক্ন অঙকপ কোম্নুং অম শারমই। লুপা লাখ মরিদগী লাখ তরুক থাইদোকপ চংখি। অদুগ মকম অদুদ মান শিরগ

লৈখি। মহাক্ন হিদাক খর পুখি মচুদি—ইরোই মরুম, কাঙ· মখোম অমম্ভুং নুং মহি য়াওখি। মচুন * লৈ—মথি কায়বগী লায়নাচু লায়য়েংখি।

নোংমদি মহাক য়াম্ন খোৱাংলমই। মহাক্ন ঈশিং অশেংব খর থক্লমই, মচুম্ন সহরা মরুভূমিগীনি। মনীং য়াওদব পাত্রন শোক্লকপনি। মহাক্ন ঈশিং লৈতব তুরেল অমদ ইরুজব চৎখি। মচুদ মহাক্ন তন্নারক লুপখি, অচুগ মশাচু তেকথৎখি। মহাক্তি অচোব ভক্ত অমনি, অচুবু লাইদি থাজদে। মাগী লম অমম্ভুং থোজান অমন্ত থাজদে। অচুগ ঈশ্বরবু নত্রবদি পুম্নমক পামই। সংসার অসি ৱারী অসিগুম্ন চুম্মি। মায়াগী শুমহৎপ অমম্ভুং অপাম লাংবু চোকশিল্লু। ব্রহ্ম মতোমতব অশেংবনি। মাবু খঙউ অচুগ ননিঙ তমউ।

## ১৮। চুগী ৱারী

লৌউব মুপা অমন চু মপুল অম কলিকতাদ পুন্নমই। মান রেল গাড়ীদ চৎলমই। মানা খঙ্গবদি পৈশা য়াম্ন ফংলগনি সিনি। হাওরাদ টিকেট কলেক্টরচু রেলদ চঙলকই। মপুল অসিগী মপু কমানো ? মপু অচুন হায়রমদে "মসি ঐগী মপুলনি" টিকেটকী মীচুন অতোপ্পশিংদম্ন হংলমই। কনা অমত্তন মপু

* য়াগী লৈ।

ওইঁন চোংখোয়কত্রে। মমৈমথংগ মিহৌচাওব ললোনব অমন হায়রকই "মনি ঐগী মপুলনি, সার" টিকেট ককেক্টরন খুদক্ক হায়রকই, "হৌজিকমক লুপ ২০ পীয়ু অদুগ চুসি পুথো" মহাক্ হৌজিক ফারে, মরমদি "মসি ঐগী নি" হায়রুবগীদমক্তি। অপাম্ব নত্রগ ঐগী হায়বসিমক্তন অরাব পুম্নমকী গুরুনি। "ঐ" অমসুং "ঐগী" ওইবসি লৌথোকউ। নংন নিংতম্ব কংগনি। ঐ হায়-বসিবু ঐগী হায়বসিন মতুংইল্লি।

---

## ১৯। হনুবী অমসুং য়েত্তুম

হনুবী অমগী য়েত্তুম অম ইমুংদ মাংখ্রে, নোংমা। অদুগ মান মচুবু মপান্দ থিল্লি। থাবল মঙান্দ, মুপা অমন মঙোন্দ হংখি, "ও! মুপী! নহাক্ত মসিদ করি থিল্লিবনো?" মহাক্ত খুম্নকই "ঐগী ইমুংদ য়েত্তুম অম মাংখ্রে। ইমুং মনুংদ থম্বনিন ঐন থাবল মঙাল অসিদ থিল্লিবনি" সংসারিক মীওই পুম্নমক, হনুবী অসিগ মারয়ে। মপাংথোংগী পোংশিংদ, মখোয়ম মুংঙাইব থিরে। ও; মীওইব! মনুংদ য়েংউ। নপুম্নিং কাপ্তিনু। মংন নংগী আত্মাদ থৌজাল অদু তেপ্ন কংগনি।

---

# ২০। ওক অমগী বারী

নোংমদি ঋষি নারদন, মুংশিরহুন ওক মচা অমদ হায়রকই "ও, মরুপ, লাও ঐগ লোয়নন স্বর্গদ চৎসি। মকম অহুম নং মতম চম্পদ মুংঙাইনি। নংন স্বর্গগী লোলাই তোঅনি। নংন স্বর্গগী উৎসব য়াওগনি। নংন স্বর্গগী ঈশৈ জগোই য়েংগনি।"। ওক অহুন পাওখুমকই "ও, মুনি অথোইব। মকম অহুম থি-য়ুং অনৌব কংব্রা?" ঋষিহুন হায়রকই "মকম অহুমদি কায়দব, কত্তব পোৎ অমত্ত কংদে।" "অহু ওইরবদি ঐ চৎলগোই" ওকহুন থুম্রকই। ও! অপঙব সংসারিকপা। ওক মচা অসিগুম তৌগনু। হায়গনু "মোক্ষন ঐঙোন্দ করি পীগনি? নির্ভিকল্প সমাধিন করি কায়নি? করিগী ব্যক্তিদ মাঙহনগদৌরিবনো? করিগী সমাধিদ নুংজুমগুম লৈগদৌরিবনো? মোক্ষন ঐখোয়দ করি-শক্তি, করি মুংঙাইব পীব ঙমগনি? সংসার অসি থাদোক্লগ করি কায়নি? সাধু ওইহুন চাক্লি-কিনিবন করিদৌননি?" ও! অপঙব মীওইব। মরোল অহমগী মুংঙাইবসিদি ব্রহ্মগী কৃপা। সমুদ্রদ, মরিক অমত্তং ওইজবনি। নংগী সংসার অসিদি, অরাবন থম্রব, মৈগী মতুং অমনি। নং নপাবু থওঃদো অহুপ শিব নাইদব কৃপাহু কংজো।



## ২১। শেনবু তম্মু

য়ামপুরদ লায়রবা মুপা অমা লৈরমই। মহাক পুক্চেল শেংবা লাইথাক্নবা মীনি। মহাক কাংগাগী মচা অমা তোঙ্গরমই। মহাক্না সঙ্গোম অকপা য়োক্লুনা লুপা ১০০ ফংজরমই। মহাকী অকপা পোৎলোমবা মী লৈজরমই। তপ্পা-তপ্পা মাগী মিহোৎ হেনগৎলমই। মহাক লুপা শিংশিং অমা পামগদবই। মহাক্না অকপা সঙ্গোম য়োরগে, অদুগা শিংশিং অমা তারগে। মহাক অমুকন্দু মিহোৎপিরিং হল্লক অমুক লুপা শিংশিং মঙা পাবলে। মহাক্না ঐশিং তথাই য়াগে। অদুগা লুপা শিংশিং মঙা তারগে। মহাক্না মাগী ইনাকখুনবা অমা ওইনাংগে। মহাক্না মাংগীবা টাউন অমদা মাংগীবা কাময়বা হোরগে। লম্বীদা, তুংরগা মপান্দা শেনমরোম অদু থমদুনা নীংথিনা ইক্কখোক্লে। শেন মরোমদু য়োংনা পুহুনা উথক্কা কাবে। অদুগা লুপা শিংশিং অমি চামডান ঐশিংদা থাদরগে। অদুগা লুপা শিংশিং অমি চামডান মুপাহুনা পীরগে। মুপাহুনা হৌজিক থত্তরগে। মান ঐশিং য়াম্নুনা তানবা শৈপাহু ঐশিংদা অমুক হনজিনবে। মহাক হৌজিক অকপা পাম্বা অমা তমজরগে। মপুক্কিংহু হৌজিক ঐখয়দা লৈশিনজরগে। অদুগা মাংগনবা পুন্সি অমা ওইজরগে। মিহোৎবদি তমথিবা য়েক্কদবনি। মিহোৎ থাদোক্লুনা মাংগনবা তম্মু।

---

## ২২। 'নংগী নুপীদু লুখ্রা ওইরে'

মতম অমদ মুপা অমন, মতম্ কুইনগী মতুংদ লাকপ মাগী মরুপ অম ওক্রব রেল ষ্টেসন্দ থোরক্লমই। মরুপ অদুন মহাক উম্নবদ হংই: মরুপ মপাং মরি-মতা পূম্নমক ফরিংনা? মুপাত্নন খুমলকই "হোয়, পূম্নমক ফরি অদুদ, "মুঙাইতব পাউ অমন নংগী মুপীদু হন্দক্ত লুখ্রা ওইরে।" মাগী মরুপ অদু অচম্ব, কাদ ম্নাওদব মীতা ওইরমই। মান কম কপ্লক্লে। মথবাক থুক্ত্রুম শুরক্লে। অদুদগীদি মুপাত্নন মরুপ্তুদ হায়রকই। "ও, রাম পঙগন্থ নংন হিংলিঙৈদ কংদোন, নংগী মুপীন লুখ্রা ওইদোরি?" অদুমত মাহাক তপ্ন ইংথরকই। সংসারিকশিংগী ফিভমস্থ মসিনি। মান মাঙখিগদব হকচাং অসিবু শিব নাইদব আত্মাদু ওইন লৌখি। অদুন পূম্নমকসিবু ঐগী ওইন লৌশিনখি। অপাম্বন মাবু কপহল্লি। থোজাল হৈরব সাধুন মাবু থেমজিনবি। অদুগ মতোন্দ পাউতাক পী। "ও, মীওইব! নংদি হকচাং অসি নত্তে। নংগী অশেংবদি সৎচিদানন্দ হায়বসিনি। কম তুম্বসিংগী হোৌগৎলু, "তত্ত্বমসি" নংদি "মদুনি" মদুদত নহাক্ক পাংল ফংগনি। ধ্যান তৌ অমস্তুং আত্মা জ্ঞান ফংউ।

---

## ২৩ । লম্বোইঁব অমগী বারী

সুপা অমন মুত্তিগী মতুদ হায়: "ঐদি লম্বোইরগনি ।" সুপীদুন হায়: "হোয়, নং লম্বোইব য়ারনি ।" মহাক মরু কোকথোক্লে, কংলা মচুগী ফি শেৎলে অদুগ তুরেল অমগী মপান্দ কমলে। কনানম্ভু মঙোন্দ চানব পিবিদে। মহাক লাম্বন প্রোক-প্রোক চাকলে। মহাক ময়ুমদ পুং ১০ দ হঞ্জিল্লক্লে, অদুগ থোঙদ থীল্লে। সুপীদুন হায়রকই, "কনানো ?" সুপাদুন খুম্লকই, "ঐ নংগী মরানে।" সুপীদুন হায়রকই, "মসিদদি লম্বোইব চঙলকপ য়ারোইয়ে।" থুদক্তা ঋষিকেশ শিবানন্দাশ্রমদ চৎখ্রো। সুপাদুন হায়রকই ; "মুংশিরবী, ঐন নঙোন্দ ফাগি তৌবনি, থোঙ হাংদোক্লো, ঐ লাম্বন শিগদৌরে। ঐ মতুংদ সন্ন্যাসগী বাখল তৌজররোই। ঐন বাশকচরিব-সিনি মুংশিবী। ঐঙোন্দ চাক খর হায় পিয়ু। চজিক ওইরবন্তু য়াগনি।

---

## ২৪ । নিংথৌ অমসুং লম্বোইঁব অম

নিংথৌ অমন গঙ্গা তুরেল মপান্দ লম্বোইব অম ওক্লমই। লম্বোইবদু স্বপ্নগী কৌপিন অমত্তু শেংলমই। মাদি য়াম্ন হন্নাও মুংঙাইন লৈরমই। মমায় মমিৎ পূমলং লংলমই। নিংথৌ অদু ওকপদ থেংথে। মাম লম্বোইবদুদ বারী শাব হৌরকই। "ও; লম্বোইব। নংন অস্তুক মুংঙাইবসি মরম করি লৈবগে ?

নংগীদি লন-থুমস্থু লৈজদে।" লম্বোইবন খুম্নকই, "ঐগীদি অপাম্ব স্থূপকৈ লৈজ্রদে। অদু ওইরবদি লন থুমগী করি দরকাররনো? নিংথৌন হায়, "নংগীদি সিকাইস্থু লৈতে।" লম্বোইবন খুম্নকই, "ঐগীদি য়েরুব লৈজদে। অদুদি করিগী সিকাই দরকাররনো?" নিংথৌন হায়, "নংগীদি কোম্নুংস্থু লৈজদে, লম্বোইবন খুম্নকই, "ঐগী কোম্নুংদি য়াম্ন চাওই, করিজে, 'সংসার পুম্বসি ঐগী কোম্নুংনি, অতিয়া অসিন ঐগী পেনি। নাপি অসিন ঐগী গালিচা ফিদানি। ঐগী খুদাং অসিন মোননি। য়ুমশিং অসন ঐগী ফিজেৎনি" নিংথৌন হায়, "নংগীদি মুপীস্থু লৈতে, নচাস্থু লৈতে" লম্বোইবন খুম্নকই "শান্তি হায়বসি ঐগী কজরবী মুপীনি; ব্রহ্মজ্ঞান হায়বসি ঐগী ইচানি।" লম্বোইবগী পাউখুমশিং অসিদ নিংথৌ অদু পেল্লমই। মান মাগী লৈবাক থাদোক্লে। অদুগ লম্বোইবগী সেবক ওইরে। অপাম্ব লৈতব অমস্থুং অপঙব কোকপ হায়বসিন মী অমবু নিংথৌশিংগী নিংথৌ ওইহল্লি।



## ২৫। মীওইবগী নুংশিবদি অহোবনি

মপুরোইবদুন মাগী মুপীদুদ হায়, "চাম্নথোইরবী! ঐন নংবু পুম্নমক মাম্নন নুংশিজৈ, নংদি ঐগী পুন্সিনি অমস্থুং থৱাইনি। ঐন মিকুপ অমতস্থু নংগ কায়নব ওমজরোই। তশেংনমক, নংদি ঐগী থৱাইদগী নুংশিজবীদুনি।" মুপীদুন মপু-

য়োইবত্রদ হঙ্গংৈ; "নংদি ঐগী থম্মব মুংশিবত্রনি। নংদি ঐগী মিৎ থঙ্কম অহুনি। ঐন নংবু কয়া মুংশিজবঃ ঈশ্বরতন খঙ-বিগনিঃ ঐন নংবু মিকূপ অমত্তং কায়নবদ ঐগী পুন্সিগী শ্বর তৎখিগনি।"[১] মসিগী য়ারীসি মুমিদাংদ শাবনি। অয়ুক অঙন-বদদি মুপাহুন মুপীহুবু খাইনব য়াই; নত্রগ মুপীত্রন মুপাত্রবু খাইনব য়াই। মখোয়গী মুংশিনবগী অচেৎপ অমসুং উনশাদগী পোকপ মুংশিবত্র মসিনি। মীওইবগী মুংশিবত্র মসিনি; মসিদি অপাম্ব-মায়ানি। মসিদি য়াগুম্ব মরিল হোবনি। আত্মাদগী পোকপ, অশেংব দৈব্যপ্রেমত্র য়োকখৎলু। মসিদি মতম পুম্নমক্ত লেঙদবনি।

— —— ——

## ২৬। মদু হৌজিক পীয়

ওক অমন যণ পূজা তৌব, যণবু খুরম্ব, নিংথৌ অমদ চৎলমই। "ও, নিংথৌ" ওক্তুন হায়রকই, "নংন ঐবু কদৌৈ খুরমগনি?" "চৎথোকখ্রো চৎলো নত্রবদি ঐন নংবু হাৎলনি" নিংথোন হায়রকই। "হোই, অহোয়" হায়ত্রন ওক্ত, কপ্লকই। "ঐ খঙজরে; নংন ঐগী শত্রুম পাম্লে; ঐন নঙোন্দ ওকণা পিনব শিরিবনি; অহুগ নংন ঐবুদি খুবমদন যণবু খুরমই।" "ওক অপঙব" নিংথোন হায়. "নংদি নংন শিরগ ঐবু সেবা তৌবনি, অহুগ শেংলব যণবা অসিদি মান হিংলিৈঙদ ঐঙোন্দ শঙ্গোম পি, মাদি ওইজব থাদোকপ অমদি দানগী মুর্ত্তিনি, অহুন ঐন মাবু খুরম্বনি।" নশান হিংলিৈঙদ

দান-তৌ, নংন শিরগ নংগী লল অসি অতোপ্পগী ওইগদবনি হায়ব, উইল অমা ওইগনু। মসিদি অচৌব ওইজবথিব অমনি। নংদি নংগী অরৈবত্ত য়েন্নব পামদে, নংন করিগুম্ব পিথোদকব লৈরবদি মতু চৌজিক পীথোকউ।

---

## (ক) ৱামদাসকী ৱারী

স্বর্থ রামদাস হায়বসি পৃথিবীগী খৱাইদগী চাওৱব সন্যাশিংগী মরক্ত অমান। মহাক সাধু তুকারামগ মতম অমতুনি। মহাক অংাং ওইরিঙেদগী হৌন ভগবানরামগী দর্শন ফংলরুব অমনি। ভগবান রামদাস মশামক্ক মাবু দিক্ষা পীখি।

মশাগী চহি তরানিথোই শুরকপদ মাগী লুহোংনবগীদমক শেম-শাব লোইরে। মাবু লুহোংনবগীদমক কন্যা অমুগী মনাক্ত ফমংল্লে। ব্রাহ্মনশিংনে মন্ত্র থিরে। লুহোংবগী মাশুব অদু বাৰ্ত্তণগী অতিথি-শিংনা থল্লে। থাম্ন ধুম ধাম তৌন বঝাই-বঙ্গুল থোংলে অদুবু। বর-কন্যা অনিগী মরক্ত পর্দা অমা লৈ। খৱাইদগী ফব পুংকমদ পুরোহিৎ অদুন লাউরকই: "সুলগ্নস্য সাবধান"— খৱাইদগী ফব মৱম অদুগীদমক শিজিন্নগদবনি। মসি মীওইবগী খৱাইদগী ৱাংব পাঙথোক্লবগীদমক শিজিন্নগদবনি। অদুগ মতুদি পুন্নমকপু থাদোকপ অমসুং ঈশ্বরদ পুক্লমক কখোক্তুন চঙ্জব অসিনি।"

রামদাস অদু কমকমদগী ফুক হোৌগত্তুনা, থুনা-থাঙনা চেক্লোকখে অদুগ মিকুপ অমগী মতুংদ উব ফংখিদ্রে। অসুম মাগী পুক্নিংগী অয়োইব কাওব অচৌব সাধু অম ওইনা লৈখি।

---

## (খ) শিবাজীগী বান্নী

ছত্রপতি শিবাজীনা কোন্নুং মতুংদগী য়েংথোরকপদ মাগী গুরুদেব রামদাসনা মখুত্ত ভিক্ষাগী পাত্র পায়রদুনা লম্বীদ চৎপ উখি। মাগী রাজ-সম্পতি পুম্নমক মখুত্ত শিন্নরবদ করিগীদমক ভিক্ষা মিব চৎলিবনো হায়রবসি অঙকপ অম ওইরমই অমসুং থনবদ লাম্ব ফংলমদে। অদুমকপু, সাধুশিংগী দি থৌদব লৈতে। শিবাজীনা মাগী মরুপ বালাজিদ চে মচেৎ অম ইরগ মদু মাগী গুরুদেবনা কোন্নুংদ হল্লকপদ পিয়ু হায়দুনা পিরে।

মুমিৎ যুংবগী অদুরাইদ ভিক্ষাগী পাত্রদু পায়রদুনা রামদাসনা কোন্নুং চৎলকপদ বালাজিনা চে মচেৎ অদু কৎলদুনা খুরুমই। চে মচেৎ অদুদ শিবাজীনা মাগী লৈবাক পুম্নমক অসি গুরুদেবগী মকমদ কথোকচরে অমসুং নোঙ্গ্রু গুরু কৃপা নিজরি। গুরুদেবনা থোরুদুনা বালাজিদ হায় "মসিমক থাম্ব চুমদব অমনি।" মতুংগী অদুক রামদাসনা শিবাজীবু কৌরে, অদুগ মাগী লৈবাক অদু হায় কৎথোকখ্রবিনা মথং কত্রি ভোৌগদগে হায়রদু শেংনা থাকপিরে।

শিবাজীন রামদাসগী মনাওদ খুরুমজহুন পুন্নমক থাদোক্লগ গুরু সেবাদগ লেল্লবদি মতুন হেন্ন কৃপানি হায়বতু য়াওখি। মথংদ রামদাসন হায়রকখি: "লাকউ, ভিক্ষাগী পাত্র পায়গ্ন হৌজিক ঐখোয় অনী কোয়ন চৎলসি।" অসুম্ন রামদাস অমসুং শিবাজী কোয়ন ভিক্ষা চৎলকপদ শিবাজীন মাগী প্রজাদগী ভিক্ষা লৌখি অমসুং প্রজাশিংন গুরু-শিষ্য অনীবু য়াম্ন নোমক্লা খুরুমজহুন ভিক্ষা হাপখি। ভিক্ষা লৌরগ মখোয়ন তুরেল মপান্দ লাকখি। রামদাসন মাগী চম্লব চারা অদু থোংখি অদুগ শিবাজীন গুরুন চারম্ব প্রসাদি অদু ফংখি।

হৌখিব কর্ম্মন পুক্লিংদ মখি তাখিবন (য়েকখিবন) নিংথৌ কাওবন চাক্লিব ওইখি। শিবাজী মশাথক মহারাষ্ট্রগী লম্বোইব স্বর্থ রামদাস মশামকী পাউতাক মতুং ইন্ন ভিক্ষা নিব অমদি নিভৃতি মার্গগী লম্বী চত্তুন কর্ম্ম তানখি।

## (গ) সদাশিব ব্রহ্মেন্দ্রগী বারী

সদাশিব ব্রহ্মেন্দ্র সরস্বতী অসি পৃথিবীগী অওকপ জীবশিংগী মসুংদ অমনি। মহাক পোকপদগী সিদ্ধি লোয়নবক্লব য়াম্ন মগুণ চাউব সন্ন্যাসি অমনি। মাগী হামগী মমিংদি শিবরামকৃষ্ণ হায়বসিনি।

শিবরামকৃষ্ণ অসি ছাত্র ওইরিঙৈন লুহোংখি। মোংফ, মমান মচানুপাগী নুপী, মমো অমু মীওই শুরে হায়ব পাউ ফংখি। অদুগ নুমিৎ অমু মহাক চাক-এঙ্গাং খরা নাংথিন থোংলমই। মসিদ শিবরামম ওল্লোগী ময়ুমদগী স্কুল তম্ব হল্লকল্লুনই। মান থোংলিব চাক অদু পুং অনিয়োম ৱাহৈব তারমই। মসিদগী মান মত্তোমত খঞ্জরমই। "কয়াদ পুংশিন্ত্রব! য়ুম পানবগী থবক অসি তশেংবমক হায়ৎমরব অৱাবন থল্লি। ঐদি ৱসি ফাওবদি য়ুম্বানব অম হায়বদু ওইদ্রি, অদুন য়ুম্বানব অমগী পোৎ-লুম অদু পুদ্রি। করিম্ন নত্তবন (কায়দবদ) হৌজিকপু ঐন পুং অনি চরা হেনব তারি। মসি অর্থ নৈতব অমনি। থোদোক, কর্ম অসিন করিনো? করিগীনমক্ক কর্ম অসি তৌরিবনো? কারি কায়নবনো? মখোয়শিং অসিন ঐঙোন্দ করি কায়গদৌ-রিবনো? জ্ঞান লৈত্রবী ইমা অনম্নং অপঙবী নুপী অসিন ঐন করি তৌগদৌরিবনো? ও! শোয়দ্রে, তশেংনমক মসি য়ুমপানবগী অৱাবদু হৌরবনি। ঐঙোন্দ নুপী অসিন করিম্ন কায়নিংঙাই লৈত্রবস্নু ইশান য়াজদন ঐবু নুপা অসিগ চৎনবীগী মরি অম থমজিনবিরে। মসিন ঐঙোন্দ তুংদ য়ুমপানবগী পুন্সিদ থোক্লগ-দৌরিব অৱা-অনাবুগী চাউয়াকপ মরম অম পিবিরবনি। ওকচরে, ওকচরে, পুন্সিগী পান্দমদি পদার্থ জীবন অসি নত্তে। মসিদি হেয় বাংবনি। মসিদি মপান নাইত্রব জ্ঞান অদুনি।

শিবরাম অসি য়াম্ন শিংথ্রব, থন্দোকখঞ্জিন হৈথ্রব নুপা অমনি। মাগী জ্ঞান অমস্নং বৈরাগ্যগী কর্মদুন মাবু লমজীংবনি।

নাম মযুমদগী গুরু শিব থোরক্লমই অমসুং মতিকচাব গুরু পরমাসিদ্ধেন্দ্র স্বরস্বতিন মাবু অণ্ডকপ ব্রহ্ম জ্ঞানগী শিক্ষা পীরি। মতম পুম্নংক্ত খঙনরব, খ্বাইদগী চাউব জ্ঞানিরক্ত মহাক অমনি। নরাব অমম মথুং কুকথংলিরব ফাওবদ মহাক সংসারিক অসিগী মরমদ কড়িসু খঙখিদ্রে। মহাক পৃথিবীগী মীওম খ্বাইদংম-মপুং ফারব মী অমনী হায়রি।

---

## (প) রাজা গোপিচান্দগী বারী

রাজা গোপিচান্দ অসি মালব্যগী মতিক চাউরব নিংথৌ মচা অমনি। খ্বাইদগী শক্তম্জব, অকে-অমৌগী নিংথৌ মচাশিংগী মরক্ত মহাকসু অমনি। যজব পুম্নমক্ক ভিল্লব মাগী মপী অম লৈরমই। মহাক মপী অদুদ যাম্ন মথরাই লুপচরমই। মহাকে মীওইবন খঙনব খরাইদগী রাংব অকে অমৌ অদুদ লেপ্পরমই। মহাক্ক সংসারগী সুখ্যাইবদ পুংলুপ লূপখিদুন পুন্সিগী প্যান্দম পুম্নমক কাউখিরমই।

রাজা গোপিচান্দগী মিনাবতী কৌবী মমা অম লৈরমই। মহাক যাম্ন পুকচেল শেংব ভক্তি লৈব মপী অমনি। মৎস্যেন্দ সাধু গোরাখনাথগী প্রভাব যাম্ন লৈরমই। কাওরব আধ্যাত্মিক গুরু অদুদগী থংলকপ ভচুম্বগী ফিদম মশাদ লৈরমই। মহাক্ক মপুং ফাব অদু কুংনবগীদমক পুম্নমক্ক থাদোক্লব পুন্সি অম ওইন লেপ্পমই।

যোগী গোরাখনাথন মাগী মমাবু হোংহল্লে হায়বসি গোপী-চান্দন খঙথি। অদুদসু নত্তন গোরাখনাথগী ফুরিৎখাউদ মাগী মমা কাপচিনখ্রে হায়ব তোকঙা অমসু ঙাঙনরমই। অদুন গোপীচান্দ অদু খম থেংন শাউরমই।

মহাক্ন মিনাবতিগী মনাক্তা চৎখিদুন কিহল্লবগ লোয়নন খীন চৈরমই। অদুবু মমান গোপিচান্দগী রাশিংদুবু থোশারুদে। গোপিচান্দন গোরাখনাথবু হাৎলব লম্বী অমা পুথোক্লে।

গোপিচান্দন লুরব গুহা অমা তৌরে অদুগ মদুবু উপাক অপাবন কূপশিল্লে। মহাক্ন গোরাখনাথগী নোল্লকপ অমদি হায়ব ইনব শাশিন্নদুন কোন্নুংদ বাত্তন তৌরে। কোন্নুং মনাক্তা লৈরিব, উপাক্ন কূপশিনব গুহা অদুগী মথক্তা গোরাখনাথবু কমহল্লে। মহাক্ন হেক কমথবগ উপাক অদু শত্তোরুব য়াথং তৌদুন গোরাখনাথবু ঙাকপিব লৈতন থাদখ্রে। অদুগ মুং মরাম অমা মনুংদ থাদদুন কোমদু ফুনজিল্লে।

পাউ অসি মিনাবতিগী মফমদ বত্র তাবগুমখ্রে। অদুবু মাগী শক্তি লৈজদবন করিসু তৌব ঙমজখিদে। অদুগী মথক্তা গোপিচান্দগী ইন্দ্রিগ মরি লৈনব পুন্সিদ লূপ্ল অসিন কদৌঙে লোইরকদগে হায়বসিদ অরাব ওইখি।

মিনাবতিন কাওরব পাঞ্জি অমদগী তারমই মদুদি ইন্দ্রিগী মুংঙাইবদ কা-হেন্ন পুক্লিং লূপখিবন গোপিচান্দগী মশাদ মতম খরগী মনুংদ লাইথং পক্লগনি, অদুগ সন্ন্যাসিদ দিক্ষা তৌরগ কোকনি। নোংম গোপিচান্দন ইরুজরিঙৈদ মমান মাগী মশাদ

অঙৌব মরিক অম উথিরমই। পাঙ্গিন হায়খিব অদু ওই-
রক্লমায়ে হায়দুন মহাক্ক য়াম্ন চি নরমই। অদুন গোপিচান্দবু
সন্ন্যাস তৌহনবিংলমই।

নোংমদি গোপিচান্দন কোন্নুংদ মাগী রাণীশিংগ শান্নমি-
নরমই। কক্সরব খোঁ নহাশিংন মাবু মনম নুংশিব থাউ তৈবিরমই,
খরন কোয়ন লেপ্তুনা হুমাই হুন্নমই অসুপ্ন মতম লৈবখিবিক্ত
নোক খেদুনত লৈবসি নিংথৌ অমগী কাহেনব ইন্দ্রিনী নুংঙাইবনি।
মসি পুন্নমক অসি ধর্ম চেন্নবী মমান দলান মথক্তগী উথি,
অমসুং নিংথৌগী মায়ান কূপ্লব লমচৎ অদুন মঙোন্দ অরাব
অমা ওইখি। মথাদ লৈরিব গোপিচান্দগী মশাদ মথক্ত লৈরিব
মমাগী পি য়রিক থর তাখি। মনম নুংশিব চন্দোল থাউ তৈদুনা
মশা ঈংহল্লিব নিংথৌন অশাব মরিক থর তাবকপ অদুদ ইথঙ
থঙহৌদন য়েংখৎখি। অদুগ মাব মমান কপ্লদু উথি।

"শক্তি লৈরব নিংথৌ ঐন হিংলিতৈদ ইমান কপ্পবদি ঐগী
পুন্সি অসি কায়দব অমনি" হায়বসি গোপিচান্দন য়াবুক্ত খনখি।
মহাক্ক মথক্ত কাথক্তুন মমাদ মান বাবগী মরম হংখি। মিনাবত্তিন
মসি মাবু হোংহন্নবগী খরায়দগী মতিক চারব মতম্নি খনখি
অমসুং হায়রকই।

"ইচানুপা। নংগী পুন্সি অসিগী অর্থ করিনো? ওয়োকপনি,
করাদ মমল য়ামখ্রব পুন্সি অমা নংন মাঙহল্লবনো? ইন্দ্রিগী নুঙাইব
অসিন পুন্সিগী পান্দমলা? নংবু ঐগী নুংশিরব ইচাগ্ন নত্রা?
নংবু ইন্দ্রিগী নুংঙাইবসিন অমম্বদ তাহল্লব্রা? অদুদগী হেন্দোক্তুন

ইচামুপা নহাক্ক গোরাখনাথকী মফমদ কয়াদ অকিবগী মশক ওইরব পাপ লওজখ্রব। মুনি গোরাখনাথবু লৈন্‌ংদ ফুমজিল্লবগী করি ফল লাক্কদগে? নংবু হিংনীংলিত্রা নত্রগ গোরাখনাথগী অশাওবগী মৈহুন চাকথেকহল্লিংলত্রা? ইচামুপা! নংবু কদৌডৈ নমিৎ পাওলকদগে, নংবু মুংঙাইবদ চোকথত্রিত্রা? নংবু অমোৎপ মুপী মরক্তগী কাখৎলকপ ঙমত্রিবরা?

কদৌডৈ নংবু নিংথিন, নিয়ম চুন্ন হিংলকখিগদগে? ঐগী অরাবসিগী মরম করি ওইরিদগে? ঐগী মুংশিরব ইচামুপা করিগী ঐগী অরাবগী মরম হংলিবনো?"

মমাগী রাহৈশিং অসিন গোপিচান্দ মমিৎ পাওহল্লে। মান শীওমদন হায়রকই "মুংশিরবী ইমা ইবেম্ম! মসিন ঐগী ইন্দ্রিগী মুংঙাইব অরোয়বনি। মসিদ ঐগী মুংঙাইব লোইরে। মসিদ ঐগী নিংথৌগী পুন্সি লোইরে। মসিদ ঐগী কোমুংগী পুন্সি লোইরে। ঐ লৈবাক থাদোক্লে। ঐ সংসারিক মরি লৈনব পুম্নমক থাদোক্লে। ঐ করিগুম অমত্ত পামজদ্রে। ঐ ভিক্ষারি ওইরগনি।"

গোপিচান্দন নিংথৌ ফি থাদোক্লুন ভিক্ষারি অম ওইন থোরক্লে। মান কোমুংগী মীনাই অমদি মাগী মুপীদগী ভিক্ষা নিরে। মাগী মুপীন মাবু মহারাণী ওইন লৌশিনবিনব হায়জনি। অদুবু কনামতন গোপিচান্দবু হোংহনব ঙমখিদ্রে। মহাক মহরগী লম্বীদ থোরক্লে।

লম্বীদ অস্তুম লাকপদ গোপিচান্দন মাগী গুরুবু লৈনবংদগী লোখৎনীংলব গোরাখনাথগী শিষ্য জালান্ধারানাথগ থেংনরমই। গোপিচান্দন জলান্ধারানাথকী মফমদ ভাকপিয়ু হায়জরমই অমস্তুং মান হায়ব পুম্নমক ইঙ্গগনি হায়রমই।

জলান্ধারানাথন গোপিচান্দবু, গোরাখনাথবু ফুমলিব মফম অদুদ পুরে অদুগ কোম মপান্দ গোপিচান্দগী মূর্ত্তি অমা থম্লে। মান গোপিচান্দগী মতুংদ লেপ্লে। জলান্ধারানাথন গোপিচান্দবু লৈনবংদ লৈশ্রব গোরাখনাথবু কৌ হায়রমই। গোপিচান্দন হায়রকই :— "গোরাখনাথ, নিংথৌ গোপিচান্দন কৌরি"। মসি হেক হায়রগ মনবংদগী যুদোরকপ খোঙ্গেল অমন কোম মপান্দ থম্লিব মূর্ত্তি অদু উৎ ওনখে। হয়-হয় মূর্ত্তি অদু অহুমলক থমদুন গোপিচান্দন অহুমলক মাপল ভৌন কৌখি। অদুবু গোরাখ-নাথগী অশাউব মৈন মূর্ত্তিদু অহুম্মক মাঙহনখি।

মরিমক শুবদ জলান্ধরানাথন হায়রকই। "নংগী নচা, নংগী ননাই গোপিচান্দন কৌজরি" হায়মু। গোপিচান্দন রাহৈ অসিন য়াম্ন নোল্লক্র, গোরাখনাথবু ভক্তি ভৌন হায়রকই। খুদক অদুদ গুহা মনবংদগী গোরাখনাথ থোরকুন গোপিচান্দবু মাগী হৌখিব ফত্তব থবক অদুগীদমক ভাকপিখি অমস্তুং থৌজানবিখি।

গোরাখনাথন গোপিচান্দবু দিক্ষা পিবিদুন মাগী শিষ্য অমা ওইন লৌশিনবিখি। মসিদ রাজসভা অদু কুংঙাইবগী ওমথৈ লৈখিদে। গোরাখনাথ অমস্তুং মিনাবতিন গোপীচান্দগী অরোইব পরিক্ষা ওইন মচলম্নুপী চন্দ্রাবলিদগী ভিক্ষা লৌকচো হায়রমই।

গোপিচান্দন মচলসুপিগী মখুত্তগী ভিক্ষা লোব চৎলমই। চন্দ্রাবলিন মাবু থওলদুন নিংথৌগী পুন্সিদ অমুক হঙ্গিননব কন্না হায়জখি। তৌইগুম্বসুং, গোপিচান্দদি আধ্যাত্মিক জ্ঞান্দ মরা চেৎন লৈরব অম ওইরমই। করিগুম্ব অপাম্ব অমত্তন মাবু অমুক ফাজিনব ঙমখিদ্রে।

মতম পুম্নমক্ক খ্বাইদগী রাংব সন্যাসিগী খুদম ওইন, ঙসি ফাওবদ গোপিচান্দগী মমিং চৎলি।

---

## (ঘ) রাজা ভার্তিহারিগী বারী

নোংম, নিংথৌ ভার্তিহারিন সিংহাসন্দ ফমদুন লৈরিঙৈদ য়াম্ন চাউরব তপস্বী, ঋষি অমা মাগী দরবারদ লাক্লমই। ভার্তিহারিন খুদক্ক হৌগত্তুনা তপস্বী অদুবু খুরমজদুন মথল মখাগী সেবা তৌজখি। মদুদ সাধু অদুন পেল্লদুন হেক চাবদ শান্তি অমদি অমর ওইব উহৈ অম পীরমই।

নিংথৌ ভার্তিহারিগী মশক ফজরবী, সুংশিজরবী মহারানি অমা লৈরমই। মাগী নহা ওইরিবী রাণী নত্তন উহৈ অসি চাবদ কনাম্ন মতিক চাদে হায়না থল্লমই। লাইগী শক্তি লৈরব উহৈ অদু নিংথৌন মাগী রাণীদুদ পীখ্রে। নহা ওইরিবী রাণী অসি মপানগী হিরম কয়াদ নিংথৌগী চামজবী ওইদুনসু মাবু পুথোক-পুশিন তৌব, দোলাই থৌব অদুবু মরুপী ওইন থমলম্মী। অদুন মান উহৈ অদু সুপা অদুদ অমুক পীরমই। অদুগ

নিংথৌগী দোলাইথোব মুপা অচুগীস্থ পুংশিজরবা ওক্রবা মুশী অম লৈরমই, অদুগ উইহে মঙোন্দ অমুক পীথোকখরে। হৌজিক ওক্রবা অসিন উইহে অসি চাবদ মতিক চাবদি মুপ্নগী নিংথৌ ভার্তিহারিদদি হায়ন খল্লমই, অদুন উইহে অচ পুদুন কোম্মুংদ চংখিদুন নিংথৌদ কংলুরে। নিংথৌ ভার্তিহারি অদু ওকখে। মহাক্ল মাগী নহা ওইরিবী রাণী অদুদ পীখিব উইহে অদুন করম তৌন ওক্রবা অসিদ যৌরক্লিবনো হায়বসি মহাক খনব ওল্লমদে।

য়াম্ন লুন খল্লুরব মতুংদ অঙকপ থৌদোক অদি ফল তারমই। থৌদোক অসিগী হেক মমাঙদ, ভার্তিহারিগী মনাওন রাণীতোন অসি দোলাই থোব মুপাসিগ পুংশিনরে, মহাকী সঙী ওইদব লমচৎ অসি নিংথৌ কোম্মুংগী মিংচৎ খীবনি হায়দুন নোংম ভার্তি-হারিদ তমখি। অদুগ রাণীতোন অসিন হৌজিক থৌদোক অদুগ চাম্নন থৌদোক অমস্থ পুখংলক্লি, অদুগ মতম অমদ মঙোন্দ মরাল শীবগী দণ্ডি ওইন মনাও মুপাবু লোইথাখিব অদু অচুম্ব নত্তে হায়বসি খুদম কংলে। থৌদোক অসিদ মার হেক ওম্ব-মথে নীংথন থিজিল্লব মতুংদ রাণীতোন অসিগী মথক্ল মনাও মুপান মরাল পীখিবদু অচুম্বনি হায়ব খঙলক্লে। মহাকপু অমদি নিংথৌ শাগৈব, মনাও মুপাদুন কণা পুংশিব অমদি মাবু মুপি অমন কয়া রাম্ন পঙহল্লম্ব হায়বদু খঙলক্লে।

ভার্তিহারিগী মকমদ অশেংব বৈরাগ্য হায়বদু ফাওরক্লে। মহাক্ল হৌজিক সংসার অসিদ থাগৈশেংন অশেংব পুংশিব

হায়বদু মতু নত্রগ মচিন মনাও নত্রগ মরূপশিং ফাওবদ লৈতে হায়ব খঙলক্লে। মান সংসার অমসুং মাগী সুংঙাইবশিং অনিবু পুমওক-ওকচরে অদুন খুদক্ত মতু-মচা, নিংথৌ কোস্থুং থাদোকু্ন উমংদ চঙদুন সন্যাসি ওইখ্রে। মহাক্ত চহি কয়া চুপ্প অকনব ধ্যান তৌরব মতুংদ আত্মা জ্ঞান ফংখি। মহাক্ত বৈরাগ্য সৎকাম হায়ব লাইরিক অদু ইরমই। অদুবু হেক পারুব মী খুদিংদ অপাম্ব পুম্নমক মাঙখিদুনা বৈরাগ্য ফাওরকই।

— — — —

# (৬) পাটিনাট্ট পিল্যারগী বারী

পাটিনাটু পিল্যার হায়বসি ছোলা লৈবাক্কী হৌজিক্কী তাঞ্জোর জিলা অমসুং মনাক্কী লম কাবেরিপোম্পাতিনামা হায়ব মফমদ লৈরম্ব য়াম্ন ইনাকখুনব সুপা অমনি। লন-থুমগী মবুঙো কুবের মশামক্ত মসিগী ইনাকখুনব পাটিনাটু অসি ওইন শাগ্নোল-লকপনি হায়নাফাও থাজনৈ। অদুবু মাদি মচা পোক্তে।

অমরোমদন সারুমার অমদি সুসিশা কোবা শিব নীংব ব্রাহ্মন মতৈ মনাও অনিসি মখোয়গী লায়রব অসিন মরম ওইদুন অবাব অম ওইরমই। মোংম মখোয়গী মমঙদ ভগবান শিবন "নোংঙাল্লগ লাইশঙদ চৎলু ঐ অঙাং ওইন লৈরমগে ঐবু লৌরো লাও„ হায়রমই। অদুগ অঙাং অদু পাটিনাট্

পিল্যারদা পৈশা য়ামনা লৌদুনা পীথোকউ হায়বসিন্থ মমঙদুদ হায়রমই। মশাগী অঙাং য়ামন পামজব পাটিনাটু পিল্যারদ অঙাং অদু ব্রাহ্মন মতৌ মনাওন পিরুদুন পৈশা য়াম্ন ফংলে। অঙাং অদুগী মমিং মারুঠাপিরান কৌরমই। পাটিনাটু পিল্যার অমদি মাগী সুপীন অঙাং অদুবু মচা ওইন য়োকখৎলমই।

নোংম চহি হুয়া ৱরক সুরকপ মতমদ মারুঠাপিরাম্না পাটিনাটু পিল্যারগী মফমদ সমুদ্র ৱাংমদ ললোনব চৎকে হায়রমই। মচা সুপাবু থাপন চৎথোকহন্নিংদ্রবস্থ য়ামন ৱান চৎচনব য়াথং পীবিরমই। মতম খরগী মতুংদ মারুঠাপিরান অদু মান পুখিব পোৎ পুম্নমক অদু যন্ত্রি অমসুং লৈঙোই খরগ শিন্নরমদুন হল্লক্লে।

মান ময়ুম য়োংমদাইদ মীনাইশিংদ মপাদ পীয়ু হায়দুন উপু অমা পীরমই অদুগ মহাক মশামক্তি অসুম মকম খঙদন মাঙথোক্‌খে। মাগী মপান মমল য়াম্লব পোৎশিংগী মহুত্ত যন্ত্রি খর পুরকপ মাগী মচাগী অপঙব ফদুদ য়াম্ন সুংঙাইখিদে। অদুবু যন্ত্রি মপাক অম থুগাইরুবদ মনুংদ মমল য়াম্লব মনিমুক্তা য়াম্ন ফাওরম্লে অদুগ লৈঙোই অদুন্থ সনা ওল্লে। উপু অদু হাংদোক্লুবদ পাটিনাটু পিল্যারন চে মচেৎ অমগ য়েত্তুম অতেকপ খরগন্থ ফংখি। চে মচেৎ অদুদ ৱাহৈশিং অসি ইরম্মি "অমনব, অতেকপ য়েন্থুম অসিন ফাওব মংগী নতুং ইল্লোই।"

খুদক অথুমক্তদ পটিনাটু পিল্যারদ জ্ঞান ফাওরকখি। মতম অদু হদ মানা অঙাং অদু ভগবান শিবনি হায়রন খঙখি। মহাক

খুদক অচুমক্তদ মাগী মকোক ওইব অকিসাঙ সেম্বনাব হায়বদ্দ লন পুম্নমক হন্দোকখিনব হুকুম তৌখি। অদুগ মাদু সন্ন্যাস লৌদুনা মাগী সহর অদুদ লৈখি। কিবম অসি মাগী মরি মকপিশিংগী য়াম্না অবাব অম ওইখি। মাগী মচল নুপীন মকুংনা অচুম্বা চাক্লিদুনা হিংগদবগী শরুকপুদি শিজখিবনি হেম কৈ-হ্মননা থনখী। মাব মবুংদুবু হু পীজদুনা হাংকে নীংখি। অদুনা মাদ অথুম অহাও থরদ হু হাপচিন্দুনা মবুংগী চানব পীখি। পাটিনাটুনা হায়খি "মী মশাগী কত্তবনা মী অদুবু চাক্টে। অদুনা অথুম অহাও অসিন য়ুম অসি মৈ চাক্লসনু" অসি হায়দুনা হু হাপলব সন্দেশ অদু মচলনুপীগী য়ুমথক্ত হনগৎত্রে। অদুবু অঙকপদি য়ুম পুম্নমক মৈ চাক্তুনা উং ওনখ্রে।

মতম থর নৈরগ মাগী মমা শিথরে। মাদ মমাবু লফুন মৈ থাখী। মাগী যোগগী শক্তিনা লকদুনা মৈ চাকখি। পাটিনাটু পিল্যাক্কন মতুংদ ঠাকুরদাসনা লাকখি অমসুং মকম অদুদ মাদ ভারতবিহারী মহারাজাগী রত্নাকরগী দিক্ষা কংখি। মহাক্ক অঙকপ উপত্রপকি থবক কম্মা তৌরম্মই।

পাটিনাটু পিল্যাক্কন মীওইবগী সংসারিক জীবন অমসুং মায়াগ মরি লেনবা ঈনৈ কন্নাহু শকখি। মখাগী অসি মদুগী খুদম অমনি।

"কীচু কীচু অকলম,
কীয়া কীয়া অবলম,

মচু মচু অবলম,
মায়া মায়া অবলম।

অঙাংন হেক প্রোকপগ কৌচু কৌচু হায়রুন কপই। অঙাং অদুন মীওইশুরুন চাওখৎকপ্পা বিশ্ববিদ্যালয়গী উপাধিনচিংব পায়রুনি অপঙব মায়ান কুপ্পুন কোয়চেলচনি। মসিনি "কৌয় কৌয়া" হায়বিবনি। অহেন ওইবরুদা মপোক্কৌরুন খোঙথাং শোয়বরুব অসি "মচু মচু" হায়রিবসিনি। মরুদগীদি মীওইবসি শিরে। মসিনি 'মায়া মায়া অবলম' হায়রিবসি। তোইরুমদুং "অবলম" থম্মোই অকাশ, পুম্নমক স্বরূপ নত্রগ পর-ব্রহ্ম অদুদি 'মহাক' খঙখিরে।

অসিগুম্ব ইনাক খুল্লব মুপা অসি সন্যাস লৌখি। ইনাক-খুনর্ব মীশিংন লম্বোইরুন ঈশ্বর ফংনবগী সাধন তৌবিব সংসার অসিদ মশীং নাইদন খুদম নৈ। থর্মহৈনগী খুঙাহৈব পূসিদি সন্যাস জীবনমিনি। অতৈ অতোপ্পশিংদি সংসার অসিদ অরাব ঙাকনি। শঙ্করাচার্য্যন মাগী ধন্যঅষ্টকাদ হায়।

"অরাব, নরক ওঙাব পুম্নমকী হৌরককম ওইরব য়ুমগী মুংশিব অসিবু থাদোক্লুন, অত্মাজ্ঞানবু খোরাংদুনা, উপনিষদন হায়ব অচুমগী অমৃত অদুবু থকচবা, পোৎশিংগী মুঙাহৈব থাদোক্লুন মথম্মোইদ অপাম্ব নৈত্রব লাইবক ফুরব অম্ম্যশিংন মরুপ মপাং অমদি লোয়নব কনা মাওদন অচিকপদ কোয়ন চৎলি।"

## মহাত্মা কবির অমসুং মচানুপা কমল

**জপ যোগ :—**

কমলনা ইনাকখুনবা লুলোনবা মুপা অমদা মাগী কুষ্ঠীগী অনাবা কোক্লনবগীদমক রামগী নাম অনিরক শোল্লু হায়রুবগীদমক্ কবিরনা থীনা চৈখি। কমলনা ললোনবা মুপা অদুদা রামগী নামে অনিরক শোল্লু হায়রগে অদুবু অনাবদুদি কদ্রে। কমলনা থোক্লোক্ত খনি মপাদা তম্লুরে। কবিরনা য়াম্না শাউরে অদুগা কমলদা হায়রকই : "নংনা ললোনবা মুপা অদুদা রামগী নাম অনিরক শোল্লু হায়রুহুন ঐবু মিংচৎ থীহল্লে। রামগী নামদি অমুক্তং শোনবনা চপ চারবনি। হৌজিক ললোনবা মুপদু মকোক্ত চৈন থীনা ফু। মাবু গঙ্গাগী ঈশিংদা লেপহল্লু অদুগা মথন্মোই শোক্ল রামগী নাম অমুক্তং শোলহল্লু।" কমলনা মপানা তাকপ অদুদু তৌরে। ললোনবা মুপা অদুবু মকোক্ত থীনা ফুরে। ললোনবা মুপা অদুনা মথন্মোই শোক্ল, ভাব য়াওনা রামগী নাম অমুকং শোনবি। মাগী কুষ্ঠিগী লায়না অদু পুম্নমক কোকখি।

কবিরনা কমলবু তুলসিদাসগী মকথদা থাখিরমই। কমলগী মমাঙদা তুলসিদাসনা তুলসি মনা অমদা রামগী নাম ইয়গা ঈশিংদা লুপ্তনা কুষ্ঠিরোগী লাইথেংনা মথক্ত চাইরমই। পুম্নমক অনাবা কখিরমই। কমলনা অদু থম থেরন ওকখিরমই। মথংদা কবিরনা কমলবু মমিৎ উত্রবা সুরদাসগী মরুমদা থাখিরমই। সুরদাসনা কমলবু তুরেন্দা তাউথরকপ অশিবা মীগী হকচাং অদু পুরকউ

হায়খি। অশিবহ্‌ পূরক্রমই। সূরদাসন অশিবদুগী মনাকোংদ "রাম" হায়দুব অমুক্তা লোমি নমুংগী নিংলংনবনি। মমন্দী থম্মোইদ অওকপ অকিবন থনখি মসিগুম্বসি ঊখংগী নায়ক্টী, নকিনি। ঐগী দু শিংন্নব মরুপশা। ঐগী লাইব্রিক হৈরব কলেজগী প্রাধ্যক্ষ। ঐগী দুংশিংনব উকিলশিং। প্রোফেসারশিং। ডাক্তরশিং। অমসুং বিচারপতিশিং। নখোয়গী অয়ানব, তোঙান তাব নটে অদুন চাউ-থোকনু। নথম্মোই শোয়ক, প্রেম অমসুং ভাব য়াওন হৈবু তা মাগী নাম শোল্লু অদুগ অথোইবা কৃপা, জ্ঞান, শান্তি অদু থৌজিনগ, মশোক অসিমক্তদ, নত্তে মিকুপ অসিমক্তদ ফংউ।

## ধ্রুব

উত্তানপাদ হায়বসি অহানব মনুগী মচানুপাশিংগী মনুংদ অমনি। উত্তানপাদ হায়বদি "মখোঙ থাঙৎপ" হায়বনি। মসি জীবনদ অধ্যাত্মিক শক্তি য়াম্না চেপ্লিবৈ পেংকী সংসারগী খোঙদাজিবৈ, মখোঙ অমন মহরলোক য়োমদ লৈরিবৈ মতম-গী য়া ওইরম্ব মনুই। উত্তানপাদকী সুরুচি (অকব থৌজাল) অমসুং সুনীতি (অকব লমচৎ) হায়বা নুপি অনি লৈরমই। উত্তম নৌগুম্বা, নুবাইনবী অমা হায়বসি সুরুচিগী মচানি। ধ্রুব নকুপ অমম্বা হায়বনিদ সুনীতিগী মচানি। মতম অমদ উত্তমন মপাগী [illegible] অদুম্বা এমন উমমই অদুগ মাং

কমজনীংলমই। সুরুচিবু কিবদগী উত্তানপাদন মখুৎ অদুন ধ্রুববু কোনবিরমদে। মতম অদুদ সুরুচি মশামক্ক অঙাং অদুবু মদুদ ফম্বগী মতিক চাদব অমনি হায়দুন তাম্থোকখি। মমা পোক্কবীগী অখাব রাহৈন য়ৎখিবন ধ্রুবন খুদক অদু-মক্কদ মকম অদু থাদোক্লুন মমাগী মফমদ মাগী অরাবশিং অদু লীরুরে। সুনিতীন মাগী চহি মঙাদ ভায়রিব মচাদুবু তপস্যা তৌ হায়ন পাউতাক পীশিল্লুরে। ধ্রুবন মতম মাঙহনব ভৌদন মমান হয়ব মতুং ইন্ন তপস্যা তৌনবগীদমক ময়ুম থাদোকখ্রে। লম্বীদ নারদগ থেংনখি। মগুন লৈরব ঋষিদুন হায়রকই, "নংদি অঙাং ওইরি ধ্রুব। মপোক কয়া চহুন অপাম্ব থাদোকতুন ধ্যান তৌব অমদি অকনব যোগতন ফংব য়াবদুবু নংন তপ তৌদুন ফংব করম্ন ওইথোক্কদৌরিবা? নংগী থৌরাং অসিদগী হল্লো সুপামচা। নংন হয়েং অহল ওইরগ সংসারগী সুংভাইবশিং অসি লোইরব মতুংদ হোৎনো।" তৌইগুম্বসুং, ধ্রুবন মাগী রাখল অদু থাদোকতন লেপখ্রে অমসুং নারদদ করম তৌন ধ্যান তৌগদগে ভাকপিয়ু হায়জরমই। নারদন ধ্রুববু অঙকপ মন্ত্র "ওঁ নম ভগবতে বাসুদেবায়" অসিদ দিক্ষা পীরে অদুগ করম্ন ভগবান বাসুদেববু ধ্যান তৌগদগে হায়বদুসু ভাকপিরে অমসুং মতম পুমনমক্ক ভগবানন লৈব মথুরাদ তপ তৌ হায়বিরমই। ধ্রুবন সুমিৎ কয়ানিমুক মখোঙ নাম-তন লেপ্তুনা, সুংশিংতন চিঙ্গাক ওইদুন অকনব তপ তৌখি-রমই। নিংথৌ মচা অসিন মমৈথংদ প্রাণ (শ্বর) বু জয় তৌরে

অমসুং অকনব ধ্যানন মরম ওইদুনা মাগী থম্মোয়দ ভগবানগী মঙাল কাওরক্লে। সমাধি কায়রবদ ভগবানন মঙাল অদু লোশিনখ্রে। অদুবু ধ্রুবন ভগবান অদুমক মমাঙদ লেপ্তুনা লৈরম্ব থেংনরে। মতম খর মঙোন্দগী মায়দা অত্তু থোক্লে ভগবানন মঙোন্দ হায়রিবিঃ 'হে ক্ষেত্রিগী অঙাং, ঐ নংগী অপীংবদু খঙলে। নং মতম পূম্নমক্ক অয়াংবা লৈগনু। মতম পুম্নমক্ক অপেনবদ ওইরব, ফজরব মফম অমা ঐন নঙোন্দ পীরগনি। গ্রহ, উপগ্রহ শিংন মফম অদুদ লৈগনি। মফম অদুদ লৈবশিংন কল অম পূন্সিগনি, অদুগ লৈবাক অদুদি কৈদৌঙৈদসু মাঙব নাইরোই। ধর্ম্ম, অগ্নি, কাশ্যপ, ইন্দ্র অমদি ঋষি শপ্তরেং অমদি অতিয়াগী অয়াংব পূম্নমক মফম অদুবু লেপ্তুন কে য়গনি। নংন সিংহাসনদ নপাগী মচুংশিনগনি, অদুগ চহি লিশিং কুন্থ্রাক্রুক পানগনি। নংগী নচিন ননাও, উত্তমাদি উমংদ মাঙথগনি। নংগী নমা পোক্কবী সুরুচিদি মচাগী অয়াবন শিখ্রগনি। নংন অরোইবদ লৈগদবদি ঋষিশিংদগী হেন্না য়াংব, অমুক হনব লৈরোইদব ঐগী লৈকমনি।"

ধ্রুবন মপা-মমাগী মফমদ হনখিবদ মপান মাবু সিংহাসনদ থাপ্লংপিরে। ধ্রুবন হনখিবদ শিশুমরাগী মচানুপী ব্রহ্মনি লুহোংদুনা কালপা অমসুং ভৎসরা কৌব মচা নুপা অনি পোকখি। মহাক্কী ইহান হায়পোকপা উৎকলা কৌব মচা নুপা অমসু লৈরমই। উত্তমাদি শাদানব চৎপদ কল্লব যথ অমম হাৎখি। ধ্রুবন মনাও হাৎখিব যথ অদুগী মথক্ক লমন

খুম্নবগীদমক অবাং পাংন চৎখি। মহাক্ন লান্দ অপঙব যথ অমম্তং কিনারা লিশিং লিশি হাৎখি। মমুন মখোয়বু মুংশি-খিরঙন মশুমুপাবু লান লেপ্পব হায়খি। ঞবনা মগুন হায়বদু ইনখিরমই, মতুদ যথগী নিংথৌ কুবেরন রায় মুংঙাইজখি অদুন মান থোজানবাখি। চহি লিশিং কুম্থ্রাতরক্কী মতুংদ বিষ্ণুগী মনই সানন্দ অ-সুং নন্দন দোলাই পুরক্কুন তাকপিখিব মকম অদুদ পুখি।

---

# শিষ্য অমগী বারী

অচৌব তুরেল অমগী মপান্দ লাইশঙ অমদ শিষ্য লিশিং কয়ামুক লৈব অচৌব গুরু অমন মাগী অরোইব মতমদ শিষ্য পুম্নমকপু অমুক্তং পুম উম্মনীংলমই। অচৌব গুরু অদুগী লুন তেংজব শিষ্য থরদি অহিং মু শিল মিকুপ নাহুম য়েংদুন গুরু অসিন অরোইব মতম য়ৌশিনক্কব মতম অসিগ মাবু অমুপ চাউব গুন লেলংলব অরোনব তত্ত্ব কয়া তাকপিরক-দোবোই নীংদুন মনাক্ত লৈরমই। মরমদি গুরু অহুন মখোয়দ অরোনব মন্ত্র কয়া তম্মীগ্রবসু মখোয়ন শক্তি অমত্ত ফংদবন অতোপ্প অরোনব মন্ত্র কয়া অম থাক্কুন থমলিবোই নীংই। লম লমদগী পুং থুদিংগী শিষ্য কয়া লাক্কুন আশা কয়া তেন ওই-নরমই।

হৌজিক, তুরেল ৱাংমদ, অৱাপ্পদ লৈব নোল্লুক্লব শিষ্য অমস্তু য়োৱকলমই। তৌইগুম্বস্তু, ঈশিং য়াম্না চাউৱব তুরেল অদু ঈ.ৱ কনবন হি ফাওব লানব ওহলংদে। মাদি শোয়ব য়াদে, অদুব্ কৱিদি তৌগনি ? মাগী গুরুন পীব মন্ত্র অসি তৌগে হায়বদ ওম্ব অকনব শক্তী অমনি হায়ন মান খনখি। মসি মাগী থাজবনি অস্তুম্ন থাজন, মপুক্লিগুন মন্ত্র অদু শোল্লদুন তুরেলগী ঈশিং মথক্ত লানখি। মদু উহৌব শিষ্য পুন্নমক মাগী শক্তি অদুদ অওকপ অম ওইনখি। মতম কুইনগী মমাঙদ গুরু গী মফমদ নোংমতং শাক্লমদুন করিনো খৱ তমখিব শিষ্যদুনি হায়ব খওনৱবনি অমস্তুং গুরুন মঙোন্দ অরোনব তত্ত্ব অদু তাক-খোকখে হায়ন খল্লখি। মতম অস্তুক কুইব থাদোকুন সেবা তৌজৱকপ ঐখোয়দদি অরোনব অদু তাকপিদন মতম কুইনগী মমাঙদ নোংমতং লাক্লম্ব. শকখওদব অসিদদি তাকথোকই হায়দুন মখোয়গী গুরু অদুদ হায়জৱমই।

গুরু অমন, মোমোন নোক্লদুন তুমিন্ন লৈনব মখুং হাইৱকই, অদুগ মাগী শিষ্য অদু কৌশিল্লদুন থাইন মঙোন্দ করি তাকখিবগে হংলমই মান য়াম্ন খোৱাংন, নোল্লুক্ল "কুহু-কুহু" হায়ব নাম অসি শোল্লি হায়ব তাবদ লাংতক্লন ময়াম অদু ওকপন থেংখিৱমই। গুরুদুন হায়ৱকই "য়েংউ, মসিদ মান পুন্নমক কান্নৈ হায়ন খল্লি। অদুন মাগী থাজব, পুক্লিং চঙব অমদি নোল্লুকপ অদুন মঙোন্দ মনা পীবনি। তৌইগুম্বস্তুং নখোয়দি মতম পুন্নমক ঐন নখোয়দ খাইদগী শক্তি লৈৱব মন্ত্র অদু হায়দোক্লব ফাওবদ নপুক্লিংদ

চিংনব থাদোক্তে অমসুং ঐন মখোয়দ অয়োনবদু হায়দোক্লি।
হায়ৱুনত খল্লি।

মাসিদন নখোয়গী নপুক্লিং অদু চণ্ডহন্দে, অদুগ অচৌব অয়োনব অমগী য়াথল অদু নপুক্লিংদ থমদুন লৈ। মহ্রবু নপুক্লিংদ মপুংফাদে হায়দুন খল্লি। মপুং ফাদে হায়বসিদ হেক্লিম খনখিব অদুমক্তুন মপুং ফাদব ওই।

---

# শঙ্গোম য়োনবী অমসুং পণ্ডিত

পণ্ডিত অমদ সুতিগী শঙ্গোম পীব সুপী অম লৈরমই। য়াম্ন খণ্ডহৈরব পণ্ডিত অদুন ভাষন পীব, য়ারী লীব অমসুং ধর্ম্ম শন্দোকপগী থবক তৌই। শঙ্গোম য়োনবী অসিন পণ্ডিত অদুগী মফমদ লাকপদ খোং মচা অম লাল্লমই। নোংমদি নোং কয় তাবদগী তুরেল মচাদু ঈশিং চাউদুন সুপীদু থর থেঙন য়ৌরক্লমই। পণ্ডিত অদুন মান থেঙন লাকপগী মরম হংলমই। তুরেল ঈশিং চাউদুন ওম লাকপ ওমদবনি হায়দুন সুপীদুন খুমখি। 'ঈশ্বরগী নাম অমতং শোনবদ মী লিশিং লিশিংন সমুদ্র ফাওব লায়ন লাম্থোকই, অদুগ নংদি পীকথ্রব তুরেল মচাসি ফাওব লানব ওমদব" হায়রমই।

পণ্ডিতকী য়া তাবদ শঙ্গোম য়োনবী অদু য়াম্ন থাজরে। খুদক অদুমক্তদ মপুক্লিং ওনখ্রে। মথংগী সুমিত্ত মান লাকপদ

অমুকস্থ হয় ঈশিং চাউরমই, ভৌইগুম্বসুং মহাক্ন পণ্ডিতকী ৱা অদু নীংশিংলক্তুনা পুক্নিংচঙন, ভক্তি তৌনা, শেংলবা নাম অদু শোল্লদুনা ঈশিং চাউরিবা খোং অদু লাম্থোকখি। ঈশিং চাউরিবা খোং অদু লাম্থোক্তুনা করম্না অমুক ওয়না লাক্লিবগো হায়বদু পণ্ডিত অদুনা হংখি। শঙ্গোম য়োনবা অদুনা পণ্ডিতজীনা ভাকপিবা ঈশ্বরগী নাম অদু শোল্দুনা তুরেল লাল্লমই হায়না ভমখি।

পণ্ডিত অদু ঙকপদা খেংখে। মানা মশামক চাং য়েংদুনা খঙনীংলে, ভৌইগুম্বসুং মানা ঈশিং চাউরিবা তুরেল অদু লাম্নবা লাক্লবদা ঈরাক্লদুনা শিরমগদৌরে।

পণ্ডিত অদুদি থাজবা লৈতে। মাদি ইচম-চম লাইরিক খরা তমজরবদনি। অদুনা মাবু কনবিখিদবনি। মরম অদুনা ঈশ্বরগী নামবু য়াম্না থাজনা ভক্তি তৌনা শোল্লে। নংবু মতম পুম্নমক্তা ঈশ্বরগী নামনা কনবিগনি।

---

## রামায়নগী ৱারী অমা

মকোক তরা পানবা রাবনবু মায়খিবা মীরবা মতুংদা সীতা, রামনা বিভিসনা ( রাবনগী মনাও রামগী ভক্ত ) অমদি মাগী মনাই খরগা লোয়নননা আযোধ্যাদা হল্লক্লে। রামগী অভিসেক লোইরদুনা অঙম অখৌ পুম্নমক মযুম মযুমদা হয়খরে। রামগী য়াথং মতুং ইয়া বিভিসন্দি মতম খরা শাংথনা লৈখি। হৌজিক বিভিসনা অমদি

মাগী লোয়নবশিং অদুন লঙ্কাদ হনখিবদ হায় থুদেকখরব, কাওরব যোং সেতু-বন্ধ অদু করম লানগদগে হায়ব ৱাখল অসি থরয়কখি। বিভিসনগী মফমদদি ৱাখল অসি য়াম্ন অৱাইব অমনি। মহাক্ন অৱথ উগী উনা অম লৌরুহন "শ্রীরাম" হায়বসি ইদগ ফি অমদ কয় কিশিল্লে। অদুগ মাগী মী অমদ পীদ্রগ হায় "কিশি অসি পায়শিল্লু অদুগ সমুদ্রগী ঈশিং মথুংদ লূপশিল্লু মান নংবু লায়ন লম্বা পীবিগনি।" হিংচাবদুন পুক্নিং অনি লোওদন কিশিদু কয় পায়রহুন সমুদ্রদ চোংথখরে। অদুবু লাইগী শক্তি অঙকপনি, হিংচাব অদুন লম্বী ফংহুন অতোপ্প তোর্ব্বান য়োথরে !

অদুবু অতোপ্প অমন ঈশিং ঈয়াই য়োয়কপদ ঐখোয়গী ইবুংঙোন কিশি অসিদ অঙকপ করি কিরিগদগে হায়দুন চিংনব, থওনীংব হেনগৎলক্লুন থূদক্ত কিশি অদু থোক্লুরে। অকংব উনা অম হেক উবদ মহাক নোক্লিংলুরে অমস্তুং মদুদ "শ্রীরাম" হায়ন ইব উবদ মসিন সমুদ্র অসিদ কয়ম্ন, কয়াদ অঙকপ ত্তৌরিব হায়ব চিংনন থনখি। মথুক্লিংদ চিংনব ৱাখলন হেন্ন চঙলকপদ থওহৌদন সমুদ্রগী ঈশিংন থুমহৎলক্লুন মোংফম অম শেমখি।

---

—লোইরব—

# অরানব চুমথোকপ

থেংবিগদবঃ—পাঠকশিংনা চুমথোক্তুনা পাবিবদি য়াব অরুম অয়াং, অথম্মুং না-পু তাবশিং অচুমদি চুমথোকচরে। মরু ওইব খাইদে ওইনা লানব থরগীদমক্তদি মথাগী চুমথোকচরিব অসিদ মিৎয়েং তাবিগনি।

| লামাই | পরেং | অরানব | অচুম |
|---|---|---|---|
| ১৭ | ৬ | থ্বাইদগী | থ,াইদগী |
| ১৭ | ২২ | মথন্ত | মথক্ত |
| ১৮ | ২ | থোগী | থোংগী |
| ১৮ | ১১ | ঙানাথবছ | ঙানখিবদ্ |
| ১৯ | ৮ | কয় | কায় |
| ২৪ | ১৮ | মশদগী | মশাদগী |
| ২৫ | ১ | নৈশ | নৈশা |
| ২৫ | ৯ | হুঙইবদি | হুংঙাইবদি |
| ২৫ | ১৫ | মেহ | মোহ |
| ২৬ | ১ | অমদ | অম |
| ২৬ | ১২ | খংবোকশঙ | খাংপোকশঙ |
| ২৬ | ১৩ | ফুলি | ফুমলি |
| ২৬ | ১৩ | লগৈ | লনগৈ |
| ২৭ | ৩ | আবিদ্য | অবিদ্যা |
| ২৭ | ১৯ | মিৎয়েং | মিৎয়েং |
| ২৯ | ৯ | থম্মোইদ | থম্মোইদ |
| ৩০ | ৯ | কঙমন্ত্রব | কংঙমন্ত্রব |
| ৩৩ | ১ | থবাইদগী | থবাইদগী |
| ৩৭ | ২ | মনি | মানি |
| ৪১ | ১ | লথোইব | লথোইব |
| ৪১ | ১১ | সন্যসগী | সন্যাসগী |
| ৪১ | ১২ | ঐঙেন্দ | ঐঙোন্দ |

| লামাই | পয়েং | অয়ানব | অচুষ |
|---|---|---|---|
| ৪৩ | ১ | হুশিবহুনি | হুংশিবহুনি |
| ৪৯ | ৯ | গোয়াথনাথবু | গোয়াথনাথগী |
| ৪৯ | ১৪ | মতুংদ | মহুংদ |
| ৪৯ | ২০ | মনায় | মশাদ |
| ৫০ | ১০ | মমাদ | মশাদ |
| ৫১ | ৪ | চাকথেকহ্ম্নিংলব্র | চাকথেকগম্নিংলব্রা |
| ৫১ | ৮ | অব্যবস্গী | অবাবসিগী |
| ৫১ | ২০ | গোপিচান্দ | গোপিচান্দবু |
| ৫২ | ১ | লন্দীদ | লম্বাদ |
| ৫৪ | ১২ | খীবনি | থীবনি |
| ৫৫ | ১৩ | হীয়নাকাও | হায়নফাও |
| ৫৬ | ২ | য়মন | য়ায় |
| ৫৭ | ১৯ | লেনব | লৈনব |
| ৫৮ | ৫ | কীয় | কীয়া |
| ৫৮ | ৬ | হায়বিবসি | হায়রিবসি |
| ৫৮ | ১৯ | ফুরব | ফরব |
| ৫৯ | ১০ | হুপহু | হুপাহু |
| ৫৯ | ১৪ | অমূকং | অমূক্তং |
| ৫৯ | ১৫ | লায়ন | লায়না |
| ৬০ | ৭ | ইবুঙা | ইবুঙো |
| ৬০ | ১৪ | রেমদ | রোমদ |
| ৬৩ | ১২ | হুথিল | হুংথিল |
| ৬৬ | ৩ | জশং | জশিং |
| ৬৬ | ৬ | লাম্লমই | লাম্লকই |

মখুম য়েকপা :—শ্রীঅরিবম একান্ত শর্ম্মা,

চীংঙা মথক, য়ুম্নাম লৈকাই, ইম্ফাল।

ব্লোক শাব :—শ্রীককচিংতাবম গৌরতোম্বী শর্ম্মা,

শীংজমৈ ক্ষেত্রি লৈকাই, ইম্ফাল।

## লাইরিক ফংফমশিং :—

(ক) সিংহস বুক ষ্টোল,
পাউনা রোড, ইম্ফাল।

(খ) ওয়েষ্ট বুক ষ্টোল,
শীংজমৈ বাজার, পোঃ আঃ শীংজমৈ।

(গ) প্রাইভেৎ পেনফ্রেণ্ডসিপ সার্ভিস,
শীংজমৈ ব্রাংম পুখ্রম্বম লৈরক, ইম্ফাল

(ঘ) ইম্ফালগী অতোপ্প লাইরিক ফংফমশিং।